# হিরম

# জাতীয় সঙ্গীত

জনগণমন-অধিনায়ক জয় হে ভারত-ভাগ্যবিধাতা!
পঞ্জাব সিন্ধু গুজরাট মারাঠা দ্রাবিড় উৎকল বঙ্গ
বিন্ধ্য হিমাচল যমুনা গঙ্গা উচ্ছল জলধিতরঙ্গ
তব শুভ নামে জাগে, তব শুভ আশিস মাগে,
গাহে তব জয়গাথা।
জনগণ-মঙ্গলদায়ক জয় হে ভারত-ভাগ্যবিধাতা।
জয় হে, জয় হে, জয় হে, জয় জয় জয় জয় হে ॥

অহরহ তব আহ্বান প্রচারিত, শুনি তব উদার বাণী,
হিন্দু বৌদ্ধ শিখ জৈন পারসিক মুসলমান খ্রীষ্টানী।
পূরব পশ্চিম আসে তব সিংহাসন-পাশে,
প্রেমহার হয় গাঁথা
জনগণ-ঐক্যবিধায়ক জয় হে ভারত-ভাগ্যবিধাতা।
জয় হে, জয় হে, জয় হে, জয় জয় জয় জয় হে ॥

পতন-অভ্যুদয়-বন্ধুর পন্থা, যুগ যুগ ধাবিত যাত্রী,—
হে চির-সারথি, তব রথচক্রে মুখরিত পথ দিনরাত্রি।

দারুণ বিপ্লবমাঝে তব শঙ্খধ্বনি বাজে,
সংকট-দুঃখত্রাতা ।
জনগণপথ-পরিচায়ক জয় হে ভারত-ভাগ্যবিধাতা ।
জয় হে, জয় হে, জয় হে, জয় জয় জয় জয় হে ॥

ঘোরতিমিরঘন নিবিড় নিশীথে পীড়িত মূর্ছিত দেশে
জাগ্রত ছিল তব অবিচল মঙ্গল নতনয়নে অনিমেষে ।
দুঃস্বপ্নে আতঙ্কে রক্ষা করিলে অঙ্কে
স্নেহময়ী তুমি মাতা ।
জনগণ-দুঃখত্রায়ক জয় হে ভারত-ভাগ্যবিধাতা ।
জয় হে, জয় হে, জয় হে, জয় জয় জয় জয় হে ॥

রাত্রি প্রভাতিল, উদিল রবিচ্ছবি পূর্ব-উদয়গিরি-ভালে—
গাহে বিহঙ্গম, পুণ্য সমীরণ নবজীবনরস ঢালে ।
তব করুণারুণরাগে নিদ্রিত ভারত জাগে
তব চরণে নত মাথা ।
জয় জয় জয় হে, জয় রাজেশ্বর ভারত-ভাগ্যবিধাতা ।
জয় হে, জয় হে, জয় হে, জয় জয় জয় জয় হে ॥

## অঙাংগী
# কান্নবা ৱারী

## হি শাবা

থাইনা মমাঙ্ তৌদা লাযরবা নুপা অমা লৈরম্মী। মাহাক্ অসি লায়রমন্বনা শুফম-চৎফম খঙ্লম্দে। লাযরবা নুপা অসি চরা অনী শুনা চাবা ফংলক্তবা কুইরবনা মপাঙ্গলম্ভ যাম্না শোল্লি।

নুপা অসি অস্তুক্ য়াম্না লায়ররবা অসিগী মথক্তা মরাইবক্সু ওন্থোক্লা থীখ্রে। মাগী নুপী অসি শো-শো লাওবদুনা মচিনস্সু ওন্থোক্লা কন্খ্রে। মাগী নুপী চিন্গনবী অসিন মাহাকপু পৈশা থোক্তে, পৈশা থোক্নবা থবক্ শুদে হায়না নুমিৎ থুদিংগী নোংফুং হেক্ ঙানবদগী পেক্রে-পেক্রো ঙাংদুনা চৈবনা নুমিদাংগী তুম্যেক্ফাওবা চৌবিবনি। চুম্না চৈবত্তনা পেল্লক্ত্রদুনা, করিগুম্বা মতম্দা মন্না আসদা পাইশিন্দুনা ফুবফাউবা য়াওই।

লায়রবা নুপা অসি, মাগী চিন্গন্বী নুপী অসিনা চৈমন্থ্রদুনা করি শুরগা শেল্ থোক্কদগে হায়বাসিতা খল্লম্মী। মাহাক্না ফনা খন্দুনস্সু হৌজিক হৌজিক্কী চানিংঙাই লৈক্তবনা অরাংপগী অরাংপমক্তা ঙাইবদগী তৌকম্ খঙ্ত্রে, বুদ্ধি লৌশিং পুম্নমক্ চফক্ত্ররম্মী। মাগী হেক্ লৈজবা

হায়বন্নু, মপানা থম্বিরম্বা শীংজং অতুদা মঙাইজরে। শীংজং অতুস্থ মযা মচেৎ অমা চাউনা ভাবদগী কাংথদদা থম্বনা কোহ্নিলং ইকা-কারহুনা লৈ।

মতম্ কুইনা মাগী ন্নুপীনা চৈবা থাঙ্হনা ন্নুমিৎ খুদিংগী মাঙোন্দা ফমহনা ন্নাথল্ থল্লম্মী। থন্বমথৈ থল্লগা নোংমদি মাগী শীংজং অতু পুথোক্তুনা ফেঙ্বা হৌরক্লে। ন্নুমিৎ খুদিংগী করি তৌসিগে থন্না থন্না অস্নুম্ যেংলক্পনা থন্না লৈরগা শীংজং অতু তঙ্খাই চন্না তুম্শিন্খ্রে।

শীংজং তঙ্খাই চন্নবা মতমদা নোংমদি মাগী ন্নুপীদা চাক্ থর ঙন্না থোংঙু হায়রে। নোংমতা চাক্ ঙন্না থেংঙু হাযদ্রবা ন্নুপা অতুনা হায-রক্পসিদা ন্নুপী অসিস্থ করি ন্নুংগীনো, ন্নুমিৎ খুদিংগুম্না চৈ থাংদ্রে; চাক্ ঙন্না থোঙ্নবা তৌখ্রে।

ন্নুপা অসিনা চাক্ চারগা "ঙসিদি ঐ চৈংদা শীং চল্লুগে, শীং অতু য়োনবা শিংপর যেংসি" হাযরম্লগা মাগী শীংজং অতু মরেংবান্দা থোঙ্গৎতুনা চৎখ্রে। ন্নুপা অসিনা চৈংথক্ হেক যৌবগা মানা পুবা য়াবা অকংবা শীং মতা চাবা অমতা য়ান্গে হায়না কোইথি-থি। মানা য়েংলিবা অতুরাইতু মীনা য়ান্থিবনা মতা চাবা শীংদা অমতা লৈরম্দ্রে। করম্ তৌশিগে থন্বমথৈ থল্লগা মীনা য়ান্দ্রিবা খ্বাইদগী ",উবা উ অমা থন্দুনা য়ান্বা হৌবে। উ অতু য়ান্বা হেক্ লোইবগা ন্নুমিৎ অতুম্ তারহুনা মাহাক্স্থ করিমতা পুবক্তনা মযুম্দা হল্লক্লে।

চাক্ ঙস্তা চারগা শীং চল্লুনি হায়না চৎখ্রিবা ন্নুপা অসিনা করিমতা পুদনা হল্লক্পা অতুদা মাগী ন্নুপী অসি মথোই থিংপমথৈ শাওরে।

" ঙসাইমখৈ করি তৌহুনা লৈরুবগে, করম্বা মুপানো নহাক্পু " হায়না থীনা থীনা চৈবীরে।

মাগী মুপী অসিনা চৈমন্বা অহুদা খুম্ফম্ থঙ্ল্ত্রে। ঙাইহাক্ তুমিন্না অহুম্ লৈরবস্থ পঙ্চৈদা চৈরবা অহুদা মখৈদদি, " উজাউ অমা হি শাগে হায়হুনা য়ান্দুনা থনম্লেৰা " হায়না খুম্নকই।

" অহুবু কৈদৌগে উশা অহুদস্থ খরা ককৃতুনা পুরক্পা য়াদরা " হায়না মাগী মুপীনা ঙাংলক্পা অহুদা " উ অহু হেক্ তুপ্লগা মুমিৎ খম্ তারে, অহুনা উশা কক্পা নংদ্রেহুনা শীং পুরক্পা ঙমদ্রবনি " হায়না খুমহুনা থাঙ্লে।

নোং ঙাল্লে, হি শারুনি হায়হুনা চাক্ ঙস্তা চারগা চীংদা চৎখ্রে। ঙরাং মাগী মুপীদা খুম্ফম্ খঙ্দবদগী, হি শানি খুম্লম্বা অহুনা, চিন্না পুখরগা শেন্না মেল্লি হায়বগুম্ মচিন্ পুখরুবহুনা হি শাবা তারে। মুপা অসি মাগী উ অহু হি ওইনা শানবা য়ান্বা হৌরক্লে।

অস্থন্না মুমিৎ খুদিংগী হি শাবা চৎপাসি মুমিৎ তরানি-কুন্নি শুজিল্লক্লে। মানা হি অস্থম্ শারক্পদা, উ অহু মমুং হোবা, উশি চঙ্বা উহাম্ ওইরম্লে। হি শাবা য়ারোইদৌরে। হি শাবা য়াররোই থন্বগা মাগী মুপীনা চৈগনি থন্বগা তৌফম্ খঙ্দ্রহুনা উ অহু অস্থম্ খরা খরা য়ান্থোক্খিবদা খিস্তা ঙাইশিল্লক্লে। হি ওইবা য়াদ্রবনিনা খরা ফরিবা নাকল্ অসিনা খরা শাদোক্লগা শুম্বন্হুম্ ওইবা য়াগদ্রা হায়না মুন্না য়েংই। শুম্বন্দি ওইবা মযায় থন্দুনা শুম্বল্ ওইননবা অমুক্ য়ান্বা হৌরক্লে।

চাউরম্বা উ অহু অস্থম্ য়ান্-য়ান্দুনা শারক্পনা শুম্বল্ মওং তারম্দাইদা অমুক্স্থ উ অহু মমুং ফোপ্ ফোপ্ লাউরম্লে। শুম্বন্

ওইবা য়ায়রোই। শুম্বল্ ওইননবগী মওং উত্রবঙ্গুদা লাইরবা মুপা অসি মমিংত্তা মপী তরং তরং চেল্লহুনা করি অমুক্ শাশিগে হায়না মুন্না খন্নুরগা ফিশা-তেম্ ওইনা শাবা হৌরে। তেম্ শাবা অহুম্ব অমুক্ উমিং অহাম্বা অমম্ব লৈরম্লে। উমিং অহাম্বা অদু ত্তান-ত্তান্হুনা অম্বুম্ যাল্লকৃপদা উদমক্ পিকৃশিন্দুনা তোক্লে। তেম্ শাবা য়াদ্রে। উ মকক্ অদু অম্বুম্ য়েংলগা পাওন্দেম্হুম শাখিবা য়াগত্রা হায়না ইৎপা হৌরক্লে। পাওন্দেম্ শাবা অহুম্ব রাখল্ থন্না খন্না অম্বুম্ ইৎলকৃপা অদুদ, থাংফম্ থর। থরা হেন্'জিন্খিহুনা পিক্ থোক্খ্রে। পাওন্দেম্ ওইবা য়াদ্রে।

লাইরবা মুপা অসি মমৈথংদদি মতোম্তা অমুক্ খম্বরগা হুংঙাইত্তবনা করি তৌগনি খল্লকৃই। উ অমা অমুক্ য়ান্শিরা খল্লুরগা মতম্ অম্বক্ কুইরবব লাকৃপু-লাক্চৈদা, করিগুম্ব অমতা ইশা-শাপ্রবদি ফত্রে খন্দুনা উ মচেৎ অমনা চন্দনচৈ ইৎপা হৌরক্লে। ওম্বোকৃপা হায়বা অহুনি, চন্দন্চৈ ফাওবা হেক্ য়াদ্রে।

ইকোন্-কোন্বদা মানা ইৎপা অশোইবা চন্দন্-চৈ অদু অমুক্ মুন্না য়েংঙি। য়েংল-যেংলগা লাইরবা মুপা অসি শাউরহুনা চন্দন্ চৈ অদু উচেৎ অমনা শদল্ থাহুনা থম্লগা ফুক্ হৌগৎতুনা মাগী শীংজং অদু রাংনা থাঙ্গৎলগা ময়াই থিগাংদা "তস্" হায়হুনা তুবৎ ককৃথৎলে। চন্দন্-চৈ অদু তুবৎ হেক্ ককৃপদা হুং-হুং লাউনা অকন্বা মুংশিৎ অমগা লোইননা চন্দন্-চৈ মচেৎ অনিহু অহুম্ পাইথোক্খ্রে।

চন্দল্-চৈ মত্তেক্ অসিন হুং লাউনা পাইথোক্খিবা অহুদা

লায়রবা মুপা অসিনা লাক্‌পু-লাক্‌চৈনা হায়রহুনা শীংজং লেংবান্দা থোক্সংলগা চন্দন্‌ চৈ পাইথিবা অতোপ্‌ পাংনা অহুম্‌ তাপ্লক্লে।

অস্থুম্‌ অস্থুম্‌ ত ময়রক্‌পনা অরুবা লোক্‌চপ্‌ অমদা চোংথ-খিবদগী লায়রবা মুপা অসি অঙুম্‌ কাথংলক্লে।

হৌজিক্‌ ফাওবা লায়রবা মুপা অহু অরুবা লোক্‌চপ্‌ অহুদা, মাগী মুপীনা চৈরম্‌গনি হায়রহুনা হি শাবা লাক্করি হায়নৈ। অহুদগী হৌরহুনা হৌজিক্‌ ফাওবা চীংমুংদা হু ক লাউনা শিংলিবা মুংশিং অসে মাগী চন্দন-চৈ মতেক্‌ পাইথিবা মথোয়নি হায়নরি।

লায়রবা হি শাবা মুপা অসি মাগী হি শাবা লোইরবা মতম্‌দা অমুক্‌ হল্লক্‌থিনি হায়নৈ। মতম্‌ অহুদা চীংমুং-মামুংদা শিংলিবা মুংশিংস্থ লেপ্‌থিনি হায়নরি।

লায়রবা মুপা অসিনা তৌরিবা অসি অকুৎপদা লৈতৌবা অতোঙ্‌বদা লৈথোন্‌বা হায়বা অহুনি।

## ৱাহং

১। হি শাবগী ৱারী অসি নপাগী লোন্না শন্নপ্না ইয়ু।

২। ৱারী অসি পারগা করি পাউতাক্‌ ফংঙি।

৩। লায়রবা মুপা অসিনা শীং চন্‌গনি চৎলগা করিগী হি শারিবনো ?

## এরোপ্লেন্গী পুৱা

হৌজিক্ ঐখোয়না উরিবা এরোপ্লেন্ অসি মতম্ অছুবাইদা লৈরম্বা নত্তে। এরোপ্লেন্ শাগৎলবা হৌরকপ্সি, কুন্থুবা শতাব্দী হৌরক্পা অছুবাইদগী রাইট মচিন্-মনাওনা পাইবা চাং য়েংবা হৌথি। রাইট মচিন্-মনাও অনী অসি হৌজিক্ পাইরিবা এরোপ্লেন্ অসিগী মপাসি।

চহি হুম্ফু তরারোম্গী মথাংদা আমেরিকাদা উইল্ভর রাইট অমসুং ওর্ভিল্ রাইট মচিন্-মনাও অনীথক্ লৈরম্মী। উইল্ভরনা চহি তরামাথোই শুরক্পা অছুগা ওর্ভিল্না চহি তরেৎ শুরক্পা মতম্দা, নোংমা মপানা মথোয় অনীগীদমক্তা শান্নপোৎ অমা লৈছুনা পুরক্ই। মপানা লৈবিরক্পা শান্নপোৎ অসি মথক্লোম্দা থাগৎলগা শিলিং ময়াদা থগা পাইথংহন্দুনা শান্নবা অমনি। মসি ইচম্-চম্বা চোংগাং থরগা উগদনা শারগা চে নপ্শিন্দুনা শাবনি। শান্নপোৎ অসিগী মথক্লোম্দো ঙাহাক্তং পাইথৎপা য়ানবা হাপ্লিবা মুংশিং মপীগুম্বা অছু লৈহন্নবা রবরগী মরি অমতং য়াওই।

মাথোয় অনীসিনা. মাথোয়গী পাইনবা অসি মশীং য়াম্দবা অছুদা মুংঙাইত্রছুনা, অসুম্ শান্নরম্বদগী উইল্ভরনা, "ঐখোয়গী বাবানা লৈবিবা শান্নপোৎ অসিদি শিলিং ময়াদদা পাই অছুনা মপান্দা রাংনা পাইবা য়ানবা শাশি" হায়রক্ই। রাফম্ অসি য়ানহনা মপানা লৈবিরক্পা শান্নপোৎ অছু করম্ তৌনা শারক্পনো হায়বছু মুন্না য়েংলগা, মাহুগী মওং লৌহুনা মান্নবা তৌরগা থরা চাউনা শারে।

মাখোয়না খয়া চাউনা শাবশিং [illegible] পাইথবদু হায়না ইয়াম্নাক্লে। খয়া পিক্কা শাবশিং অহু মইথদি [illegible] পাইহন্‌বা য়াই ; অদুবু মাখোয়না অঙাং ওইরুদুগী চাউনা শাবগা [illegible] পাইবদু য়াত্রিবনো হায়বদি খঙ্‌খিল্লে।

মচিন্‌-মনাও অনী অমি [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] পাইহুনা শায়বা অমি য়াম্না পাম্মী, অদুনা অয়াম্বা মতম্‌দা তেলঙ্গা [illegible] পাইহুনা লৈ। মতম্‌ খরগী মতুংদা উইল্যমবদি খয়া চাউখৎহনা চহি তরামনি তরামঙারোম্‌ হায়রক্লবা অতুদদি তেলঙ্গা পাইহুনা শায়বা অমি [illegible] পাম্‌ছুনস্ত্র ইকাইরক্লে, অদুবু মনাওনা তেলঙ্গা পাইবদা মাহাক্না মথক্তাই য়াম্না য়াওনা হোৎনরম্মী। মাখোয় অনী অমি তেলঙ্গা পাইবদা মথক্তা য়াওমন্দুনা তেলঙ্গা শাবন্ত্র য়াম্না হৈ। মাখোয়না শাপা তেলঙ্গা অদু মীনা য়াম্না পাম্লম্মী, মমৈথংদদি সহর অদুগী মনুংদা তেলঙ্গা শাবা খ্বাইদগী হৈবা মীনি হায়নথি। মচিন্‌-মনাওনা মওং-মতৌ তেলঙ্গা শাহুনা পৈশান্ত্র য়াম্না ফংলম্মী।

মাখোয় অনীনা তেলঙ্গা শাহুনা অমস্তুং অতিয়াদা পাইথ-খোৎপগী রাস্টীদা শাহুনা লৈবনা মখোয়গী তুংঙাইবা ওইরম্মি। মতম্‌ খরা লৈরগা জর্মন্‌গী লুপা অনীথক্লা, মপাম্বোম্‌দা মশা অমম্‌ নপ্‌শিল্লগা, মশাশিং অদুনা হুক্কং-হন্দা থপ্লগা পাইখৎপা য়াবা অমা শায়গা পাইরে হায়বা পাউ অমি মখোয়না তারে। পাউ অদু তাবদা মাখোয় অনীস্ত্র মী পুখৎপা য়াবা তেলঙ্গা শাহুনা চাং য়েংনিংলম্মী, অদুনা মী পুখৎপা য়ানবা তেলঙ্গা শাবদা হেক্ততে। মাখোয় অনীনা মী পুখৎপা য়াবা তেলঙ্গা শাবা হোৎনরিউডো জর্মন্‌গী লুপা অদু

ভারত্তুনা শিরে হায়বা পাউ তারে, অদুবু য়াইট মচিন্-মনাওদি করিগুম্বা অকিবা অমত্তা পোক্তনা জর্মন্গী অদুগুম্বদু কয়া শাবা লাক্করি। মাথোয়না শারিবা পাইনবসি নিংথিনা মখুৎনা থানা মায়না পুবা ভম্দদুনা মুংশিংনা হেক্তা হুম্দোক্তুনা পাইবা ইয়া-য়াত্রে। পাইবা য়াত্রে হায়দুনা ভোক্পদি লৈত্তে, মতম্ লৈবথিবিক্তা অদুদা হোৎনদুনা লৈ।

অদুয়া থয়া কয়া হোৎনরবা মতুংদা মাথোয়গী মশা অদু লায়না থগ্লনবা মেচিন্ অমা শাশি হায়না উইল্ভরনা হায়রে। মাথোয় অনীনা য়াকম্ অসি ওইথোক্পা য়াগত্রা নত্রগা ওইরোইদ্রা হায়বা থৈগ্নে মমৈদদি থম্নবত্তনদি ওইবা য়ারোই, শাদুনা য়েংলগা থঙ্গনি হায়দুনা শারে। থাজবা অমগা লোয়নবা মশা অদু শারগা চাং য়েংবদা য়ারদুনা মাথোয় অনী য়ায়া হরাউরে।

ভেলঙ্গাগী মওংদা শাদুনা য়েংলম্বদগী মমৈদদি তশেংনা পাইনবা মেচিন্ অমা শাবা ওয়গনি থল্লে। থল্লক্পগা লোয়ননা মেচিন্ অমা শানবা কয়া হোৎনরে। ইহান্-হান্বদা মচিন্-মনাওনা পাউগু অহুম্ ংঙ্না পাইনবা অমা শারে। মাথোয়না শারিবা মেচিন্ অসিদা মমাই য়বা অমসু মমাঙ্দা পাল্লে, মশা অদুসু লৈথোক্-লৈশিন্ ভোদুনা লেঙ্বা য়ানবা শেম্দুনা শাবা লোইরে। শাবা লোইরবা অসিদদি পাইদুনা চাং য়েংলিংলে। চাং য়েংনবগীদমকক্তা মুংশিং চাং নাইনা শিংপা, মফম্ চাবা থিরক্লে। মফম্ চাবা থিরক্পদা, কিটিহোক্ কৌবা মফম্দা চাং য়েংশি হায়না থম্মদুনা মাথোয় অনীনা পাইনবা মপোৎ-মচৈ অদু পুরগা কিটিহোক্তা লাক্লে অমসুং চৌংথক্তা পুথৎলে।

মপোৎ-মচৈ মযাম্ অত্থু চৌংথক্ য়োরগা নিংথিজনা পান্থৎলে। পাইবা চাং য়েংনবগীদমক্তা, তেলঙ্গা থাগৎলম্দাইদা সুংশিৎ ঙাইবগুম্ মাথোয় অনীনা সুংশিৎ ঙাইত্তুনা চৌংখক্তা লৈরি। মফম্ অসি সুংশিৎ শিন্নবা নত্তে, অত্থুবু সুংশিৎ অত্থু ইঙাও-ঙাওরত্তুনা থবক য়াদবদগী চাং লাইবা সুংশিৎ য়াম্না খৌবাংনা ঙাইরি। ফনা কুইনা ঙাইরবা মতুংদা চপ্-চাবা লাক্লত্তুনা উইলভরন' মনু'দা চঙ্লে অত্থুগা মনাওনিপা ওর্ভিল্না ইস্থরক্লে। মতোম্দা অস্রম্ অস্থম্ মথারোম্দা ফজনা পাইথরক্ই। পাইথরক্পাসিদা মমাই চুম্নবা হাপ্লিবা অত্থুনা মমাই চুম্বা ওয়ে, মশা অত্থুসু নিংথিজনা শীজিন্নবা য়ারত্তুনা করিমত্তা তেক্ত-কাইদনা মথা য়োবা ঙম্লে।

মেচিন্ অসি মাথোয় অনী চঙ্থুনা মথক্তা অমুক্ চিংখৎলে। হন্দক্মুক্তি ওর্ভিলনা তোংনি হায়ত্তুনা মনুংদা চঙ্লে, অত্থুগা অমুক্সু পাইথরক্লে। হন্দক্কী খোঙ্ফম্ অসিমস্থ করিমতা তেক্ত-কায়দনা য়াম্না নিংথিজনা মথাদা তারে। মাথোয়গী থবক্ পাংথোক্পত্থুদা সুংঙাইবা অমম্লুং হয়াউবা অমগা লোয়ননা কয়ারক্ হন্না পাইথত্তুনা শাম্মরে। ওসি য়াইট মচিন্-মনাওনা মাথোয়গী থবক্ অসি ফজনা পাঙ্থোক্তুনা ওম্বসিদা সুংঙাইরিবা অসি করি অমুক্ হায়নিংঙাই লৈত্রে। মাথোয় অনী সুংঙাইমন্থ্রত্তুনা, মাথো'য়না হৌজিক্ পাইরিবসিদগী হেন্না ফবা মেচিন্ অমা অমুক্ শাবা ঙম্গনি হায়বগী আশা অমা ফাওরত্তুনা য়াম্না আশা অচৌবগা লোয়ননা মযুম্দা হল্লকই।

মথংগী চহীদা পাইনবা মেচিন্ অচৌবা অমা অমুক্ শারে। হন্দক্তি ফনা নিংথিনা চাউনা শাগৎপা হৌরে। মাথোয়না শারিবা

মেচিন্ অদু থন্নবা য়ুম অমা শাদবা য়াগ্রদুনা', য়ুম্ অমা শান্নগা মেচিন্ অসি শাবা লাক্নৈ।

পাইনবা মেচিন্ অসি শাবা লোইরদুনা অমুক্তসু পুথোরক্লে। হন্দক্তসু নহান্‌গুম্না মুংশিংকী তান্‌জা ঙাইদুনা লৈরে। মুংশিংনা চাং চপ্ চানা শিংলক্পা মতম্দা উইলৃত্তরনা মেচিন্দা কাথংলে, অদুগা ওর্ভিলনা পাইনবা চিংলে। ওন্থোক্পনি! হন্দক্তি মাখোয় অনী নীংবা য়াম্না কায়রে। হন্দক্ শারিবসিদি পাইয়ু হায়বা য়াদ্রে। মাখোয় অনী চঙ্দুনা, কন্নিনা য়াদ্রিবনো হায়না ফনা কন্না হোংনৈ, অদুবু শুক্য়া-য়াদ্রে। পাইয়ু হায়বা ইয়া য়াদ্রবা অদুদা নীংহন্নবা অমদুম্ পোক্লক্লে। মতম্ অরেম্বদা মাঙ্দুনা তোক্লে, ইশা পান্দবা মীওইববু অন্নাংবা অতিয়াদা কৈদৌভেদসু পাইবা ঙম্বা হৌনদে হায়না মাখোয় অনী মথন্নাই য়াম্না মুংঙাইতনা ময়ুম্দা হল্লক্লে।

মাখোয়না তৌরুবা থবক্ অদু মমায় পাক্লবা অদুদা, হন্দকী অসিনা মাখোয়গী পাইবগী অরোইবা ওইরদমাল্লে থন্দুনা মথন্নাই শুক্রুং-মুংঙাইত্রে। মথন্নাই মুংঙাইমল্লদুনা, অমুক্তসু লাক্চৈদা হায়না থন্দুনতা লৈরে। তোক্লগে থল্ল-থল্লগা থোইনদুম্ হেন্না মুংঙাইতবা অমগা লোয়ননা পাইবগী ৱাথল্ অসি থন্‌বদুম্ হেন্‌জিল্লক্লে।

অইন্‌কন্‌বা অমসুং তোগে হায়বগী ৱাথল্দা লুপ্‌খ্রবা মীগী মফম্দা অমুক্ শোয়বনা কয়া কুইনা নীংহন্নদুনা থম্বা ঙম্গনি? ৱাইট মচিন্-মনাও অনী অসি তুমিন্না লৈথোক্পা ঙম্লক্ত্রে। ৱাথল্ তৌবগা লোয়ন-লোয়ননা অনৌবা থৌনা অমগা লোয়ননা থোইনা হেন্না নৌন্নবা মওংগী মেচিন্ অমা অমুক্ শারে। নীংহন্নবা লৈত্রবা

ৱাখল্‌গা লোয়ননা অনৌবা থৌনা অমুক্‌ হাপ্‌কৎতুনা, শোয়দনা পাইবা য়ারনি হায়বা ৱাখল্‌ তৌরহ্না কিটিহোক্কা অমুক্‌সু মেচিন্‌ অদু পুরক্রে। মাখোয় অনীনা মেচিন্‌ অদু চীংথক্তা পুখৎলে অদুগা উইল্‌ভরনা মেচিন্‌ মন্নুংদা তোংলগা ওর্ভিল্‌না পাইনমবগীদমক্তা মেচিন্‌ অদু চিংবা হৌরে।

নহান্‌মথৈ নীংবা কায়হ্না মথয়াই য়াম্না মুংঙাইতনা লৈরম্বহ্‌ ঙসিদি মাখোয় অনীসি কয়াদা মুংঙাইরবনো, মোমোন্‌ তৌজরে। মাখোয়গী অহুম্‌শুবা মেচিন্‌ অসি পাইখৎলক্রে, অমম্তুং মিনিট অমা থয়া হেন্না অতিয়াদা পাইখৎলগা মাঙ্‌লোম্‌দম্ সু কনা থাপ্না পাইবা য়ারে। মচিন্‌-মনাও অনীসিনা হৱাউবা অমম্তুং মুংঙাইবগা লোয়ননা অমনা অমুক্‌ তোং, অমনা অমুক্‌ চিং তৌহ্না হন্না হন্না পাইহ্না য়েংলে। মাখোয়না পাইথবা খুদিংমক্তা অমুক্তা শোয়বা য়াওদ্রে। মাখোয় অনী হন্‌জিন্‌-হন্‌জিন্‌ তোংহ্না পাইবহুম্‌ তম্লে।

অম্তুম্না মুংশিং তান্‌ চাবা ঙাইর-ঙাইরগা পাইবা অসিতনা পেন্দুনা লৈথোক্‌পা ঙম্‌দ্রে। করি তৌরগা মরম্নাই পাইহন্‌বা য়াগদগে হায়বসি অমুক্‌ খন্‌বা হৌরক্রে। করিগুম্বা ইঞ্জিন্‌ অমতং হাপ্নবদি মরম্নাই পাইবসি য়াগদ্রা খন্নরক্রে। য়াম্না মুম্না য়ানি-য়ারোই হায়বা খন্নরবা মতুংদা হৱাগাড়ীগী ইঞ্জিন্‌ অমতং হাপ্নবদি শোয়দনা মরম্নাই পাইহন্‌বা য়াগনি হায়বসি মাখোয় অনী চপ্‌ মান্নমা য়ানরে।

হৱাগাড়ী শাবা কোম্পানী কয়াদা মাখোয়না পাম্নিবা ইঞ্জিন্‌ মওং অদু শাবিয়ু হায়না চিঠি কয়া কয়া থারে। মাখোয় অনীগী ৱা অসি কাম্নদবা, অঙাওবা থবক্নি, জুগোৎ চাদ্রগা কোম্পানীগী মিংচৎ থীহ্না

তোক্কনি হায়রতুনা অমতা য়াবিদ্রে। অদুবু মাইট অচিন্-মনাওনা অজিরাদা উচেক্লম্না পাইনিবেগী রাখল্না, মীনা থীনা হায়বা অমম্তুং কঙ্-নবদা কয়িমত্তা নাচুংবা লৈত্তে, নীংহুম্বগী রাখল্ পোক্কে। কোম্পানী অমত্তনা মাখোয়গী মেচিন্ শাবিয়্ য়াক্রবত্তুদদি মাখোয় অনীনা হেক্তা শারশি হায়না খল্লরে। মচিন-মনাও অনী অসি খল্লতুনা লৈবগী মতুত্তা খবক্না মাঙ, থাবা মী ওাক্কনি। থুনমক্, নিঙ্বগা হেক্তা ইঞ্জিন্ শারে। মাখোয়না শাজরিবা ইঞ্জিন্ অদু মাখোয়না নীংবগা চপ্-চানা থোক্লে; কয়িগুম্বা কোম্পানী অতৈনা শারম্বা থোক্লবদি মাখোয়গী নিঙ্বা থুংভম্দবা ফাঙবা য়াই।

ইঞ্জিন্ থৌরাং তৌরবদা মাখোয় অনীনা থুনমক্ মাখোয়গী মরিগুবা পাইনবা মেচিন্ অমা শারে। মেচিন্ অসি মশা অনী লোঙ্না পান্দুনা শারে। হৌজিক্ ইঞ্জিন্ অসি কৃদাইদা পান্ গদগে হায়বা খল্লরক্লে। ইঞ্জিন্ অসি হেক্ পান্বদা মেচিন্ অসি থানা মাম্লদতুনা পাইবা য়ারোইদৌরি হায়বা মাখোয় অনী চপ্ মান্নুনা উরে। রাফম্ অসি করম্ তৌসিগে হায়না খল্লরবা মতুংদা ইঞ্জিন্ অসি, পাইনবা মেচিন্ অসিগী ময়াইরাইদা য়েংথংবা নাকন্দা পান্শি অতুগা ওইথংবা নাকন্দা চাং য়েংগদৌরিবা মী তোংশি, অদু ওইরবদি থানা মাম্লগনি হায়নরতুনা ইঞ্জিন্ অদু ময়াইরাইদা, য়েংথংবা নাকন্দা পাল্লে। হন্নকী মেচিন্ অসিদি, মশাদা ফুংশিং মপী (প্রোপেলার) অনী অমম্তু পাল্লে মেচিন্ অসিগী মওং নিংথিনা তারবা মতম্দা, মাখোয়গী ইঞ্জিন্ য়াওরবা মেচিন্গী চাং য়েংনবগীদমক্তা ক্লিটি হোক্ তাম্না পুম্লক্লে।

হুন্দক্কী মতাং অসিদা, মচিন্-মনাও অনীসি উইল্ভন্নবা চহি কুম্থ্রাতরুক্ শুরে, অহুগা ওর্ভিল্না কুম্থ্রানিথোই শুরে।

মাখোয়না তৌগদৌরিবা থবক্ অসি কনামতনা থাজদে। মতম্ অহুন্নাইগী খবরনচিংবনা অঙাওবা থবক্নি হায়না কয়া কযা লঙ্নহুনা ইন্নবনি, অহুবু মাখোয় অনীদি মাহুক্কা তারুবা শংদনা মাখোয়গী থবক্ অহুতা ওন্নবা হোৎনরি। অহুমক্পু মাখোয় অনীসু হুন্দক্কী মতাং অসিদা করিগুম্বা য়াদবা থোক্লবদি পাইবগী থবক্ অসি অমুক্ হন্না তৌরগমুশি হায়না অরোইবা অশাগা লোয়ননা কন্না হোৎনরি। মাখোযনা হোৎনরিবসি কয়ামুক্ মীনা থাজনদবগে হায়ববু, মাখোয় অনীনা পাইবা চাং য়েংফম্ অহুদা অঙাং খরদং নত্তনা কুম্মৈ য়েংবা ফাওবা কনামতা লাক্পিদে।

কিচিহোক্ য়ৌরে, পাইগদবগী থৌন্নাং তৌরে। মাখোয়না পাইরগে হায়না হেক্ হৌরক্পদা প্রোপেলার মকোক্ অহু লৈথাযনহুনা যাদ্রে। মুংশিং মপী (প্রোপেলার) অহু শেম্বদা থা অনীবোম্ চঙ্লে। অহুম্ তৌরিবৈ অসিদা ইঞ্জিন্ অহু অমুক্ যারক্ত্রে। অমুক শেম্-শাহুনা পুন্নমক্ য়ান্ননি খল্লক্পদা নোংজুথা হেক্ ওইশিল্লক্ই ; অহুদগী অকন্বা মুংশিং অমস্তুং উন্ লাক্লহুনা অমুক্সু য়াদ্রে। মাখোয়না কান্নদ্রে হায়হুনা কিচিহোক্কা শাহুনা লৈবা যুম্ অহু শেম্জিন্দুনা মেচিন্ চিংশিল্লগা মতম্ থন্না অমুক্ ঙাইহুনা লৈরে।

মতম্ খন্না লৈন্নগা অমুক্সু পুথোক্রে, হুন্দক্সু মুংশিং-মপী মুখোক্ অহু তেক্তুনা য়াদবদগী অমুক্ শেয়ে মাহু শেম্বা লোইরবা মতুংদসু পাইনবা থৌন্নাং হোৎনখৎলক্পদা নোং-মুংশিং অমুক্ লাক্তুনা

য়াক্লে। মাখোয়না কুম্মৈং নিনি চোঙ্থরবা মতুংদগী লোং-কুংশিং লেপ্‌খ্রে, য়ারানি হায়না খন্দুনা মেচিন্নচিংবহু নিংথিনা শেম্‌-শারদুনা চেক্‌শিন্না য়েংশিল্লগা পাইনবগী খোয়রাং লোইরে।

মতাং অসিদ্রাইদা মচিন-মনাও অনীসিগী য়াম্না কুংঙাইরবা অমসুং থৌনা ফরবা রাফম্‌ অমা লৈরি। মফম্‌-মরাং খঙ্‌দ্রিবা মেচিন্‌ অসি খঙ্‌হৌদনা থোক্‌ হেক্‌ পাইখৎলগা কোক্‌ হেক্‌ তারকুনা শুজিন্‌বা থোক্লবদি মাখোয়সু শিবা থারিবা থবক্নি; অদুবু মাখোয় অনীদি অয়াম্বা মতম্‌দা হাম্না পাইবা অসি য়াম্না পাম্নৈ, অদুনা হন্দক্‌সু পাইরম্‌দাই অসিদা কনানা হাম্না পাইগদগে থন্নরক্‌পদা হাম্না পাইনিংবা ঙাক্তা ঙাইরদুনা মাখোয় অনী অউপ্পী-অরোংবী তৌই। অউপ্পী-অরোংবীদা উইল্‌ভরনা হন্না পাইবদা তারে।

খৃঃ ১৯০৩গী ডিসেম্বরগী তারিখ তরাভরেৎনি। মচিন্‌-মনাও অনীনা ইঞ্জিন্‌ অদু উংহন্দুনা শাগৎহন্‌বা মতম্‌দা শুম্থোক্না মখোল্‌ হৌখ্রে। মাখোয়না পাইবদু য়েংগদবগী লাক্‌পা অঙাং অনীথক্কা হুই অমগদু ইঞ্জিন্‌ মখোল্‌ তাবদা কিদুনা লোইদনা চেন্‌খি। মমাঙ্‌দা ইঞ্জিন্‌ অদু লৈরগা নিংথিনা ইঞ্জিন্‌গী মখোল্‌ খোরক্‌পা অদুক্কা তাজরগা কুংঙাইবা অমগা লোয়নননা উইল্‌ভরনা কাখৎলগা হিপ্‌খরে। লেভর মচৈ অদু চিংলে, মেচিন্‌ অদু তপ্না তপ্না চৎপা "হৌরক্লে! থরা চৎলম্নগা অতিয়াদা পাইথৎলক্লে। সেকেণ্ড অহুম্‌ মথাইরোম্‌ অতিয়াদা লৈরম্নগা ফুট চামরোম্‌ থাপ্না চীঙ্‌খোঙ্‌দা তারে। লৈবাক্তা তাবা মতম্‌দা মেচিন্‌ অসিগী শরুক্‌ অয়াম্বা তেক্লে, শুদক্‌ অদুদা মাখোয় অনী চঙ্‌দুনা অমুক্‌ নিংথিনা শেম্‌জিল্লে। ওন্তিন্‌ অমুক্‌

কাথংতুনা থোরে। কন্নবা তুংশিং হুমহনা মখোল্ য়াম্না হৌনা পাইখৎলক্তুনা সেকেণ্ড তরাম্নিথোইরোম্ অতিয়াদা পাইরম্লগা কয়া হাইথরক্তুনা লৈরাক্তা চুপ্লিরে। মায়াক মশাং থরা লেপ্লে।

পৃথিবীগী মফমদা ইহান্-ছানবা মরমাই ইমিলবা পাইবা ওয়া মেচিন্দি, ওসি রাইট মচিন্-মনাওনা পাইরিবা অসিনি। মসি হায়রিবদা মচিন্-মনাওনা পাইরিবা মেচিন্ অসিনা অতিয়াদা পাইরিবা এরোপ্লেন পুম্নমক্কী মপানি। অসুম্না মাখোয় মচিন্-মনাওনা ওসি পাইরিবা অসিদগী হেন্না ফগৎনা শানবা হোৎনখি অমসুং নিংথিনা মাই পাক্খি।

রাইট মচিন্-মনাওগী শিনা কিদবা মথোইনা অমসুং আইন্-কন্বগী পাণ্ডি অসিনা পৃথিবীগী মফম্ খুদিংদা শিনবা থুংলে। ইউরোপ্ আমেরিকানচিংবা লৈবাক্ অয়াম্বগী মীস্তু অতিয়াদা পাইনবা মেচিন্ কয়া কয়া মচিন্-মনাও অনীগী মতৌ তম্লুনা তাং থেংবা হৌনরে।

হোৎনরবদা ওম্দবা লৈতবা মীওইকনি। ঐখোয়দা লেপ্তুনা লাউয়গা চৈংদোম্ য়োবা ওয়া হৌমদে।

## য়াহং

১। রাইট মচিন্-মনাওগী য়ারী শয়া ইয়ু।

২। করম তৌরগা রাইট মচিন্-মনাওনা এরোপ্লেন্ পাইনবা হোৎনখিবনো ?

# চুহি পুবগী ৱারী

থাইনা মমাঙ্ ৱৈদা তোলেন্জাউ কৌবা কাঙ্জৈ য়াম্না হৈবা মুপা অমা লৈরম্মী। তোলেন্জাউ হায়বা অসি য়াম্না লায়রবা মচানি। তোলেন্জাউ অসি লায়রজরবস্থু মশা তনান্ তনান্ লৈজৈ, অরৈবা ফি-রোল্ অহু তরু-তরু শেৎ-চাই।

তোলেন্জাউনা য়াম্না ৱৌখিজবা অহুদা মমাম্নবশিং অহুনা মাবু লঙ্নশি হায়নরে। মমাম্নবা ময়াম্না লৈপুং ফম্বা অসি মাহাক্স্থু নোংমতা কাংদনা য়াওই অহুগা মাগী কাঙ্জৈ অহুগী ৱারীতা শাহুনা লৈ। ময়াম অস্থুম্ ফম্নম্বদগী কনাগুম্বা অমনা "কাঙ্জৈদদি তোলেন্গা পাগদবা মীদি ঙসি ফাউবা মরু ইহুন্ তম্ব্রিদা" হায়না থাগৎপোই লঙ্নবোই হায়রক্পদগীদি ময়াম্ পুম্নমক্ অহুনা চপ্ মান্নবা তোলেন্-জাউবু থাগৎনহুনা ঙাংনরক্ই। তশেংনমক্স্থু তোলেন্জাউ অসি কাঙ্জৈদদি লাম্বা থিংদ্রিবা মুপানি। মমৈথঙ্দদি ময়াম্না অস্থুম্ থাগৎনরক্পদগী, তোলেন্জাউ অসি নিংথৌ মচানুপী লৌবা য়ারে হায়না হেক্-হেক্ লঙ্নবা হৌরক্লে।

তোলেন্জাউদি, মমাম্নবশিংনা নিংথৌ মচানুপী লৌবা য়ারে, লৌরো হায়রিবা অসি লঙ্নরিবনি হায়বা থঙ্দে, মাদি মানা মশা নান্বা অমস্থুং কাঙ্জৈ হৈবা অহুদা হায়রিবনি হায়না থোইনহুম হুরাওজৈ। ময়াম্না লঙ্নবা অহুদগী হৌরহুনা মাগী মপুক্লিংদা নিংথৌ মচানুপী লৌগে হায়না চপ্-য়ুংনা থন্খি। মরম্ অসিনা লৈপুং ফম্বা খুদিংদা নিংথৌ মচানুপীগী ৱারী শারগা মুংঙাইজবা ওইরম্মী। মাগী

মতৌ অসি উবদা ময়াম্ অহুনা মাহাক্‌পু "মমাক্ ইবুঙো, মমাক্ ইবুংঙো" হায়না কৌনরম্মী। মমাক্ ইবুঙো হায়বহু তাজরগা তোলেন্‌জাউত্রু য়াম্না হৌজরম্মী।

নোংমদি লৈপুং কপা ময়াম্না তোলেন্‌জাউ লঙ্‌নদি থরহুনা মাহাক্ লাক্‌পা তাইরি। অইহাক্ লৈনবগা কাঙ্‌জৈ কাঙ্‌হু অমা পায়রহুনা তোলেন্‌জাউ লৈপুং কপা থোক্‌ই। মাহাক্না ময়াম্ মরক্তা হেক্ চংলক্‌পগা ময়াম অহুনা "মমাক্ ইবুংঙো লেংশিন্‌বিরক্‌উ, মজা ইবেম্মবু করম্বা মতম্‌দা মমাক্ ইবুংঙোগী শঙাইদা লৈরগদগে, ননাই ঐখোয়সু থৌগন্ তৌজগে, তাক্‌পিরক্‌উকো" হায়না য়া-য়া নোক্নুনা ফাগি তৌরম্মী। ময়াম্না নোক্‌পা অহুদা হরাউজরহুনা "পৈশাবু লৌত্রিয়ে, মজা ইবেম্মা লাক্লগা করম্ তৌদোনো থঙ্‌দেদা তৌরিবসে" হায়না মপা ইথি-খিগৎলহুনা য়াম্মবমখৈ নোক্‌চরম্মী।

মাগী মতৌ উথদা ময়াম্না লঙ্‌নবা থোইনা সুংঙাইরহুনা, "মজা ইবেম্মা চাউনা লুহোংদবা য়াদে, মমাক্ ইবুংঙো শেল্ থরা তান্‌বিয়ু" হায়রম্মী। ময়াম্না শেল্ অমুকক্তা হায়বহুদা মাহাক্‌সু চুম্মাল্লে খন্দুনা পৈশা তান্‌গে খনখ্রে।

তোলেন্‌জাউনা সুমিং খুদিংগী কাঙ্‌জৈ-তুঙোল্ অহু পায়রহুনা শেল্ তান্‌বনি হায়না পঙ্‌চংডা চংপা হৌরক্লে। অহুবু মাহাক্ নোংমতম্ পৈশা অমত্তা ফাউবা ফংদে।

নোংমা সুমিং য়ুংবগী মতম্ অহুরাকপদা তোলেন্‌জাউ অসি চংমন্‌বদগী য়ারহুনা উরোক্‌থোং অমগী মনাক্তা হৌবা থোংনাং পাম্বী মখাদা ফমহুনা পোথারম্মী।

মতম্ অসিদা স্নুপী মচা পোৱী অমত্তু চুহি চফু অমা কোক্থোং পুহনা লাকৃই। উরোক্থোং মনাক্ য়োরক্পগী অহুরাইদা মনঙ্গন্দা পোরিবা মচা অত্থু নাহোং মন্নুংদা মখোং-মখুৎ কাওহনা য়াম্না কপ্লকলে। অঙাংনা কপ্পুনা মনঙ্গন্দা ক্রিং-ক্রিং চোংবগা, স্নুংশানা শাবগা অহুগীস্থু মথক্তা উরোক্থোংগী পাম্বৈনা কপ্তবগা লান্‌বা ওমত্রে। থোংদা থরা চঙ্‌শিল্লগা পাম্বৈদু পায়রুনা লেপ্পুনা লৈরে।

স্নুপী অসিনা থোং লান্‌বদু চিংনরহনা করম্ তৌশিবা থল্লুরগা, থোংথোঙ্‌দা লৈরিবা তোলেন্জাউদা অমুক্তং হায়রহনা য়েংগে থল্লহনা হন্না য়েংলগা হায়রকৃই।

"হা! ইবুংঙো পাখঙ্‌! ইমাগী চুহি চফু অসিদা থোং অসি থরা লাম্হোক্পিয়ুরা! ইচাগী চুরুপ্‌ থক্লবা পৈশা মরি পীগে" হায়রক্‌ই।

তোলেন্জাউনা, "পৈশা পীগে" হায়বদু তাবদা নহান্মথৈ পৈশা ফংলক্তবা অত্থু ওসিদি শোয়দনা ফংবা তারে হায়না হন্নাওরহনা চুহি পুবীগে হায়না য়ারে। পৈশা হান্না পীরো হায়রহনা স্নুপী অত্থুদগী পৈশা মরি লৌরে। তোলেন্জাউনা মোমোন্‌ নোক্লহনা পৈশা মরি চৎপী অত্থু য়েপ্লগা মনাকোংদা য়েপ্‌শিল্লে। অত্থুদগী চুহি চফু অত্থু থোংগৎতনা উরোক্থোং লান্‌বা হৌরক্‌লে।

থোঙ্‌থাং মঙা-তরা থাংলবা মতুংদা মনাদা য়েপ্লিবা পৈশা মরি-চৎপী অত্থু লৌথোক্লগা মথুৎনা পায়রে। মরি-চৎপী অত্থু মথক্‌-মথা থোক্‌-থোক্‌ ওন্দুনা, থাঙ্গৎ-থাঙ্গৎলগা অমুক্‌-অনিরক্‌ য়েংলহনা অন্নুম্ থল্লক্‌ই।

মাগী চুহি চফু অসি ময়ুম্‌দা কোক্‌ হেক্‌ থম্বিয়ল্লগা পৈশা মরি অসিনা, প্র-প্রপ্‌ চংশ্লগা কৈথেল্দগী ঙাম্নু মরূম্‌ লৈরূগে। ঙাম্নু মরূম্‌ অছু মপী লোইবা অমদা কোল্‌হল্লগে। মরূম্‌ অসিনা মচা ওন্দুনা মপী হেক্‌ ফাবদা লুপা অমমম্‌ শিংতুনা য়োন্‌গে। লুপা অছুনা হামেং মচা অমা লৈগে। হামেংনা শবী ফাহুনা মচা পোক্লক্‌-পগা মচা ময়াম্‌ অছু থোক্‌ য়োম্বোক্‌তুনা ৱম্নাও মচা লৈগে। ৱম্নাওনা শবী ফারগা মচা ময়াম্‌ পোক্‌তুনা শঙ্গোন্‌ হেক্‌ ফারক্‌পদা পুল্লপ্না য়োল্লগা লৌ লৈগে। অছুদগী কৌ ময়াম্‌ অছু ভাইহুনা পৈশা পায়রবা মতম্‌দা নিংথৌ মচানুপী লুহোংগে।

নিংথৌ মচানুপী হেক্‌ লুহোংবদা ময়াম্না মমাক্‌ ইবুংঙো কৌনরনি। থয়া লৈরগা ইচা অমা পোক্লনি। ইচানা থরা চাউরগা পম্‌হুনা হেক্‌ চুপ্পা হায়হুনা মখুংতা পায়রিবা পৈশা মরিচংপী অছু হয়া হয়া চুপ্পী।

থরা লৈরগা কাঙ্‌জৈবুংদা লৈবাক্‌-প্রজা পুম্নমক্‌ তিন্দুনা নিংথৌগী স্না মাঙ্‌দা পানা কাঙ্‌জৈ শান্নরক্লনি। কাঙ্‌জৈ লাম্বা চান্নত্রহুনা মুপা অমতনা খ্বাইদগী পুম্‌হেন্‌-হেন্‌বগুম্‌ তৌহুনা মাইকৈ অমনা পান্‌জন্‌ পঙ্‌থোইতা হেক্‌ থোইবা, কাঙ্‌জৈ য়েংবা মুংঙাইত্রহুনা লৈবাক্‌ ময়াম্‌ অছুনা, মমাক্‌ ইবুংঙোনা কাঙ্‌জৈ অমুক্কং থোল্লবদি কাঙ্‌জৈ মুংঙাইনি হায়না রা-রা হেক্‌ নিল্লরক্লনি।

ময়াম্‌ নিল্লরক্‌পা অছুদা নিংথৌ তারহুনা অছুক্‌ থঁল্লবা, অছুদগী ঙাইহাক্‌ লৈরগা দোলাই-পাব অমা থারক্লুনা, স্না য়াথংনি ঐবু কাঙ্‌জৈ থোক্‌উ হেক্‌ হায়রবা। স্না য়াথং ফংবদা ঐনা মজা ইবেম্মদা

ঐনা পম্লম্বা ইচা অছু শিন্নরম্বা হায়না মথুং ওইনা পান্নরম্বা কাংজৈ অছু য়েত্তা হেক্ শিজ্রে।

ইচা শিন্নরম্নগা কাঙ্জৈবুংদা কাঙ্জৈ-তুজোল খুং চাবা হেক্ পায়হুনা থোকপা, অছুদগী কাঙ্ক্রম্ অছু হন্ত্রে হেক্ হুল্লক্পদা ঐনা কাঙ্ক্রম্ অছু তাপ্ লাক্লগা প্রপ্-প্রপ্ হেক পন্জেল্লক্পদা লৈবাক্ মীয়াম্মা খুবাক্ প্রোক্-প্রোক্ খুহুনা থোম্মো থোম্মো হেক্ লাউয়ক্পা। অছুদগী ঐনা মুংঙাইবা অমগা লোয়ননা লেম্নগে হাযবা মতাঙুম্ কাঙ্ক্রম্ অছু ৱাংনা হন্গৎলগা ওক্তুনা পাক্ লাউনা থোম্বা হায়না তোলেন্জাউনা মতোম্দা থোংঙাইদা লেপ্লগা মখুং ওইনা মকোক্কগী চুহি চকুহু থোক্ খৎথরগা অমুক্ ওক্তুনা কাঙ্জৈনা থোম্দৎলে। চফু অছু মচেৎ ফাওবা থিবা খঙ্দনা কায়খ্রে, মুপী অছুম্ন তিংঙক্-তিংঙক্ য়েংহুনা লৈহৌই। তোলেন্জাউদি উরোক্থোং মথক্কগী তুরেন্ মখাদা অছুম তাখ্রে।

ভাবনা দলান্ শাবদি মঙ্দা শনরিক্ শিরম্নগা মিকপ্ থোরক্পদা লৈরম্দবা অছুগুম্বদি, অছুগীম্ন মথক্তা মকম্-মতম্ চাদনা পঙ্থন্-খন্বম্ন ফত্তবা লাক্ই।

## ৱাহং

১। তোলেন্জাউ অসি করম্বা মীওংনো?

২। করিগীদমক্তা চুহি চফু থুগাইরিবনো?

৩। ৱারী অসি পারগা করি পাউতাক্ ফংজি?

৪। ৱারী অসি নশাগী ওইবা লোন্দা শন্না ইথোক্উ।

# চালস ৱাটরটন্

চালস ৱাটরটন্ হায়বা মুপা অসি মথল্ অমগী মীতানি। মাহাক্ অসি অরাংবা কাবস্ু য়াম্না পাম্জৈ, অদুগা কাবা হৈস্ু-হৈ। থৌনা ফবগী থবক্ অসিমক্তবু মাহাক্না ইপাম্দ-পামজৈ।

নোংমদি মাগী মরুপ্ অমগা লোয়ননা রোম্ সহরদা চৎলম্মী। রোম্ সহরদা, পৃথিবীগী খ্ৰীষ্টদগী ৱাংবা গির্জাগী মফুং চল্লবা সেণ্ট পেটর হায়বা গির্জা অদু লৈ। হায়রিবা গির্জা অসি লণ্ডনদা লৈবা সেণ্ট পাউল্সকা য়াম্না মান্নে। হায়রিবা সেণ্ট পেটর হায়বা রোম্গী গির্জা অসি ৱাটরটন্না মুন্না য়েংলগা মাগী মরুপ্ অদুদা "সেণ্ট পেটর গির্জা অসি মতোন্ লোম্না কাশিদো, মাসি কানবা হোৎনবস্ু ইরাই-লাইনা থোক্কনি" হায়রক্ই।

মাখোয় অনী অসি অৱাং-অৱাংবগী জাৎ অসি তোয়না কারক্পা মীতা ওইনা তৌবদগী করিস্ু নাচুংবিদবনা ৱাটরটন্গী মরুপ্ অসিস্ু য়ারে। গির্জা অসি মী কাহন্দে অদুনা গির্জা শঙ্বা মী উরবদি মাখোয়বুস্ু কাহল্লোই; অদুনা তুমিন্না কাশি হায়নরে। মাখোয়গী মরাইবক্ ফবনা কাথংলক্পদা কনাস্ু উহৌদ্রে। মাখোয়না অপন্বা য়াওদনা অস্ুম্ কাথংলক্পনা য়ুম্থক্ য়োরে।

য়ুম্গী মতোন্ অদুদা অমুক্স্ু নোংথাং ফানবা য়োৎচৈ অমা ফনা ৱাংনা য়ুংথঙ্না লৈরিবদু উৱগা ৱাটরটন্না "ঐদি চুম্মগী য়ুম্থক্সিদগীস্ু অমুক্কা হেন্না কানিংঙি" হায়রম্লগা ৱাংলবা য়োৎচৈ অদুগী মতোন্-তোক্লেন্ য়োনা কাথংলক্রে।

য়ুম্‌দগী হেন্দোক্লুনা য়োৎচৈ অহুকাউবা মতোন্‌ পুম্‌লোম্‌-লোম্না কারবা অহুদা মাহাক্না খুৎ য়োজ্ঞা লৌখোক্লুনা য়োৎচৈ অহুগী মতোন্দা থেৎলম্নগা কুম্‌থরকুই।

মাখোয়না কুমথরকপদা উৎহৌবা মী মাওরহুনা গির্জা অহুগী পোপ্‌-তা ওয়ে। মাখোয়গী ৱা তাকপা পোপ্‌ (গির্জাগী মকোক্‌ ওইবা মী) অসি য়াম্না শাওরহুনা "হৌজিকমক্‌ গির্জা মকোক্লগী য়োজা অহু লৌখোকুউ" হায়রগা য়াথং তৌরকই।

"অসুক্‌ ৱাংবা অসিগী কনানা কাগনি, ঐখোয় কনামত্তা ওয়েট" হায়না কনানমু ৱাথে।

মাখোয়না থমবদা খুৎ-য়োজা থেৎলম্বা মুপা অসি কৌরগা লৌখোক্‌হন্‌সি হায়না ৱাটরটন্দা হায়রকরে। পাউ অসি তাবদা ৱাটরটন্দি অমুক্কা হন্না কাবা তারে থন্দুনা হরাওজবনা লোইখ্রে। ৱাটরটন্না সেন্ট পেটর গির্জা কাগদৌরি হায়রবা পাউ অসি রোম্‌গী মী পুম্নমক্‌ তানরহুনা ৱাটরটন্না গির্জা কারম্‌দাই অহুদা রোম্‌গী মী পুম্নমক্‌, য়েংগদবগী গির্জা মনাক্‌তা লোয়না তিল্লরে।

ৱাটরটন্‌ কাপা হৌখ্রে। থরা কাখৎলক্‌পগী অহুরাইদগী মী পুম্নমক্‌ অহু মাবু য়েংলগা হরাওনরম্মী। মানা অমুক্‌ ৱাংনা কাখৎখিবা অহুদগীদি মীয়াম্‌ অত্ত তুমিন্‌-তুমিন্‌ লৈরগা মিৎয়েং অমত্তা ওইনা চপ্‌-মান্নবা মাঙোন্দা য়েংলি। মী পুম্নমক্‌ অহু ৱাটরটন্দা য়েংল-য়েংলগা মত্তোম্‌-মত্তোম্‌দা মনিংদোন্‌ চোংহুনা খৌরিং খৌরিং লাউরৈ। য়েংলিবা মাখোয় মশেম্না "ঐখোয় তুমিন্‌ লৈশি নক্রবদি

মাহাক্না খিত্তং থুরুংখিবদগী খুনাম্ শোয়ুখিদুনা শং নামুরক্পা খঙ্হোৌপোং নত্তে" হায়দুনা চুমিন্না লৈনরি।

রাটরটম্না ভগ্না ভগ্না কাম্বংখিদুনা যুমথক্ য়োরক্না মেংখাং ফানবা মচৈ অহুগী মতোন্ য়োরে। মতোন্দা থেংলিবা খুং মোজা অহু লৌখোক্লগা মখুং নামনা পায়রে অহুগা মখুং নামনা, মখাদা মাবু অচ্চুপগা লোয়্নননা য়েংনরিবা মীশিং অহুদা মখুং হাইরকই। খুং-মোজা অহু কুরিংখাওদা হাপ্চিল্লগা য়াম্না লায়্না অমুক্তু কুমথরকই। মখা য়োরম্দাইদগী মখাগী মীয়াম্ অহুনা হরাওনা মাবু খাগংতুনা লাউনরকই।

রাটরটন্ অসি ইনাক্তু খুজি অহুগা ভিন্নবদা য়াম্না ফুংঙাইবা মীতানি। মাহাক্ অসি খোংঙ্ঙপ্ শেগাইবা তোংবা লাইরবা মী উবা য়াদে, খুদক্ অহুদা অমা লৈবিরা নত্রগা লৈনবা পৈশা হেক্তা পীখি। করিগুম্বা মতম্দা মানা পীখিব পৈশা অহু খোংঙ্ঙপক্তি লৈদনা অতোপ্পদা শীজিন্নখিবা য়াওবা খেংনবদগী; মসৈদা মাহাক্না নোক্লিংবা মঙং অমা তৌখি।

রাটরটম্না মতম্ পুম্নমক্তা চুরি মচা অমা হেক্ হেক্ পুই। মাগী থাঙ্-মচা অসি অতৈ শীজিন্ননবা নত্তে, মানা অস্তুম্ চংপদা লায়রবা, খোংঙ্ঙপ্ শেগাইবা তোংবা মী হেক্ উবদা "সে, এয়্গী থাঙ্ অসিদা অসিরাইদা। লৈরিবা খোংঙ্ঙপ্কী হুকান্ অসিদা খরা পীবিরু" হায়না পী। অস্তুম্ তৌদুনা পুথিবা মীহুনা থাঙ্ অহু খোংঙ্ঙপ্কী হুকান্জারদা হেক্ পীবদা রা অতৈ অমুক্ ঙাংনবা তৌদনা "নম্বর কয়ানো" হংলগা খোংঙ্ঙপ্ অমা হেক্তা পীখি। মতুংদা

খোংঙুপ্ য়োন্বা মুপাহ্না থাঙ্ অছু ৱাটরটন্দা হল্লক্পা মতম্দা খোঙুপ্কী মমল্ পীখি। অস্থুম্ তৌহ্না মহাক্ অসি মাগী লুংঙাইজবা অমদা লৈবা মথল্ অমগী মীওংনি।

ৱাটরটন্গী অঙকপা থৌদোক্না তিল্লবা থৌনাফবগী খোঙ্চৎ অমদি থা আফ্রিকাদনি। মহাক্ অসি লীন্কাস্থু য়াম্না পাম্বৈজ অছুগা জঙ্গলদা অচৌ-অচৌবা লীন্ করাস্থু ফাখি। অচৌ-অচৌবা কুম্ভীর ফাবগী ৱারী কয়াস্থু লৈ।

নোংমা মানা থা আফ্রিকাগী জঙ্গল্দা অমস্থুং পান্তা কোয়রিভৈদা অচৌবা পাৎ অমদা কুম্ভীর অচৌবা লৈবা থেংনরম্মী। কুম্ভীর অছু মানা হিংনা ফাগনি হায় অছুবু মাগা চৎমিংম্নরিবা আফ্রিকাগী মীশীং অহুনা অঙাওবা, শিগদবা থবক্নি হায়না য়াবিদে।

ময়াম্না য়াদবকাছ্ মহাক্কী মশাদা করিমত্তা থৌশাদে, শোয়দনা ফাগনি হায়ত্তনা, য়োংকী খোই অচৌবা মান্বা, মচিন্ অনী লোঙ্বা অমদা খোইরী অচৌবা অমা পুন্শিল্লগা খোইজাক্ হাপ্তুনা থাদখ্রে। কুম্ভীর অসিনা মাহু তাপ্ হেক্ লাক্পদা, ময়াদা পন্দুনা লৈবদগী বুক্রুং বুক্রুং নৈরকপদা ঈশিং অছু মথক্ মথা থোক্ থোক্ ওল্লে। ৱাটরটন্না ঈশিংদা চোংথরগা কুম্ভীরগী মথয়াং অনী অছু চেৎনা পুন্শিল্লে। মখোঙ্ অনী অহুস্থু কন্না লাক্শিল্লগা মাস্থু কুম্ভীরগী মনঙ্গন্দা কাথংলে, অছুগা কুম্ভীবগী মখোঙ্ অনি মনঙ্গল্লোমদা শুপ্-চিন্দুনা চুপ্লিদোনা পায়রে। মাগী মতৌহ্ উবদা ময়াম্ অদ্ মাবু কিস্থু-কিরম্মি অছুগা হরাওস্থু-হরাওনরম্মী। অস্থুম তৌহ্না কুম্ভীর অছু হিংনা ফাখি।

মী পুম্নমক্না মাহাক্‌পু অঙক্‌পা মী হায়বা খঙ্‌বৈ।

## ব্লাহং

১। চার্লস রাটরটন্‌বু করিগীদমক্‌ অঙক্‌পা মী হায়রিবনো?
২। রারী শম্নপা ইয়ু।

## মন্ত্রী হাপ্পা

থাইনা থাইনা মমাঙ্‌বৈদা লৈবাক্‌ অমদা অহল্‌ অমা লৈরম্মী। হন্তুবসিনা শিরম্‌দাইদা মচান্নুপা তোনা লৌশিংববু মনাক্তা কৌশিল্লগা হায়রকই।

"ইপাদি নঙ্‌গীদমক্‌ করিমত্তা থনস্বা ঙমদ্রে। ইপা লাইবা অমতং তাক্লম্‌গে, তাও। লৌশিংনা শামু ক্লাবনি, অতুস্বা নোংশাগী থাম্নাত্তা অহিংবা শজি চোঙ্‌শিন্দবনি।" অসি হায়রম্লগা শিখ্রে।

তোনা লৌশিংবা অসি লায়দি-লায়রৈ অচুবু লৈবাক্‌সিগী নিংথৌ মচান্নুপীদি মাহাক্না য়াম্না পাম্মী। মতম্‌ পুম্নমক্ত করম্‌ তৌরগা নিংথৌ মচান্নুপী লৌগদগে হায়বসিদা থল্লম্মী।

মমৈথল্দা মপাগী পাউতাক্‌ অহ চাং য়েংগে থল্লে। নিংথৌ মচান্নুপীগী মনাক্তা লৈগে থল্লহনা নিংথৌ থল্লরে। নিংথৌগী কাঙ্‌হাই হুম্বা ওইরম্লে।

মানা লৈরবা মতম্সিদা লৈবাক্ অসি হুরান্-চিন্থি মীনম্-শোরি য়াম্না কল্লকলে। লৈবাক্ কাং-খোং চাইহনা ইংনা পান্বা য়ান্ত্রে। হুমিং খুদিংগী উৎ-পাৎ তৌবগী অঙক্-অঙক্পা বিচারতনা নিংথৌ অসি তুম্বা-চাবা শংখিদ্রে।

অসি য়ৌনা কন্না হোৎনরবসু নিংথৌগী বিচার অসি লৈবাক্না পেন্নদ্রে। প্রজাগী মনীং থুংদবা অমসুং অরাবসি উবদা নিংথৌনা লৈবাক্কী অরাবা কোক্লবা অশিংবা মন্ত্রী অমা হাপ্কে থল্লে।

লৈবাক্ অসিদা লৈবা অশিংবা, তৌ'ঙম্বা মী মথৈ কারক্উ। খ্বাইদগী শিংবা অহুদা মন্ত্রী হাপ্কনি, নিংথৌ মচানুপী পীগনি হায়না শগোল্-পাউ চেন্খ্রে। পাউ ফংবদা লৈবাক্ অহুদা লৈবা অপঙ্ অশিঙ্, প্রজা পুন্নমক্ লাক্তুনা কাঙ্জৈবুংদা তিল্লরে। মীয়াম্ মমাঙ্দা নিংথৌনা লেংথোরক্লগা হায়রক্ই।

"হৌজিক্ তিল্লরিব প্রজা পুন্নমক্ অসি লৈজ-লৈজবা লৌশিং পুথোক্-পুথোক্তুনা শিংবা তান্নগদবনি। খ্বাইদগী শিংবা মুপানি হায়না প্রজা পুন্নমক্না য়ানবা মুপা অহুদা মন্ত্রী হাপ্কনি। ইচানুপী থাজগনি। হৌজিক্ শিংবা তান্নরো, লৈবাক্ পুন্নমক্ তারগনি।"

নিংথৌগী য়াথং ফংবদা ময়াম্ অহু অমগা অমগা ওন্শিন্নরে। মাগী মাগী লৈজবা পুথোক্তুনা মরৈ য়েৎনবা, লৌশিং লৈবা তান্নরে। অসুম্না থা অমরোম্ ময়াম্ লৌশিং তান্নরে। ইকোন্ কোন্বদা শিংবা চপ্ মান্নবা মুপা অহুম্ থোরক্লে। মাথোয় অহুম্মক্ চপ্ মান্ননা নিংথৌবু থুকম্নগা মখুৎ লোম্নহনা হায়রকই।

"মহারাজ! ননাই ঐখোয় অহুম্‌দা মন্ত্রী কম্‌ পীনবিয়ু, মজাইবেম্মা পীনবিয়ু।"

লৈবাক্‌-নিংথৌ পুন্নমক্‌ মাখোয় অহুম্না খ্বাইদগী হেন্না শিংভি হায়বসি য়ানরে, মন্ত্রীদি অহুম্‌ হাপ্পা য়াই, অহুবু নিংথৌ মচান্নুপীদি অমত্তনিনা কনাদা লুহোঙ্‌গনি হায়না লৈবাক্‌-নিংথৌ অমুক্‌ থন্নরে। থন্নরবা মতুংদা নিংথৌনা স্না য়াথং লাউথোরক্‌ই।

"লৈবাক-প্রজা পুন্নমক্‌ তায়ো, ইচান্নুপী অমত্তনি অহুনা নুপা অহুম্‌ অসিগী মনুংদা খ্বাইদগী শিংবহু কনানো চোংথোরক্‌উ। নত্রগা মাখোযদগী হেন্না শিংবা কনানো থোরক্‌উ। হন্দক্‌তি রা য়াম্না ভাংবা কন্নদ্রে; অহুনা রাহুং অমা অনি, পাউথুম্‌ অমা অনিদা খ্বাইদগী শিংবা তান্নগদবনি। হৌজিক্‌ লৈবাক্‌-প্রজা পুন্নমক্‌সু তারনি অহুনা ভাংননিংবা কনা কনানো চোংথোক্কুনা ভাংনবা য়ারনি।"

নিংথৌগী যাথং হংবদা লৈবাক্‌-মীয়াম্‌ অহুনা থন্নরক্‌ই। রা ময়াম্‌ ভাংনবফাউবদা মাখোয় অহুম্না ভম্মি। হৌজিক্‌পু রাহুং অমা অনিগা, পাউথুম্‌ অমা অনিগদা মাখোয়বু কনানা ভাংনরুগবনো হায়নরে। মাখোয় অহুম্‌বু কিবদগী কনামত্তা চোংথোরক্‌ত্রে। মাখোয় অহুম্‌দা ওন্‌শিন্নহুনা ভাংনবদা তারে।

হন্দক্কী মতাং অসিদা নিংথৌগী স্নানাক্তা কাঙ্‌হাই হুম্‌হুনা লৈরিবা তোনা অসি মপাগী পাউতাক্‌ চাং য়েংগে থল্লে। নহান্‌মথৈ ময়াম্না ভাংনরিবা ময়াম্‌হু তাবদা মাহাক্‌না করিমত্তা উশিংলম্‌দে। নিংথৌগী স্না মাংদা থুক্‌উ-থুদক্‌ কুন্দুনা মাহাক্‌ অমুক্তা ভাংনজগে হায়না নিংথৌদা থুরুম্লে।

তোনাগী মতৌ উবদা মী পুম্নমক্ রা-রা নোক্ই। নিংথৌনদি মাগী মতৌ য়েংনিংলদুনা ঙাংনজরো হায়না য়াথং পীখিরে।

তোনা লৌশিংবগা অশিংবা অহুম্ অদুগা স্না মাংদা চোংথোক্লরে। মী পুম্নমক্ মাথোয় মরিগী রা তাগদবগী তুমিন্ তুমিন্ লৈনরে। ঙাইহাক্ লৈরগা মুপা অমনা হায়রক্ই।

"ঐখোয় পাবনা হৈনৌ পাম্বী অমা থারম্মী। হৈনৌ অমুন্বা অমা হাকুম্ থরান্দগী কেন্খিবনা কুম শি ইঙেন্দা লৈপাক্তা পোপ্ তাই। ঐখোয় হৈনৌসি রাংব্রা?"

মাগী রাহং তাবদা তোনাদি তুমিল্লা লৈ। মুপা অনিদুনা চপ্ মান্নবা "রাংই-রাংই" খুম্মি। অদুদগী মুপা অমনা অমুক্ হায়রক্ই।

"ঐখোয় পাজিনা ঈরোই অমা লোইরম্মী। ঈরোই অসিগী মচি নামদগী উরোক্ অমা পাইরক্পা অসি মচি নামা হেক্ য়োবদা থা তরুক্ চংঙি। ঐখোয়গী ঈরোই অসি চাউব্রা?"

তোনাদি অদুম্ তুমিন্ লৈ। মাথোয় অনী অদুনা য়ুম্না য়েংনরগা "চাউই, চাউই" হায়না খুম্মী। খুদক্ অদুদা মুপা অমনা হায়রক্ই।

"ঐখোয় পাজিনা য়ুম্জাও অমা শারম্মী। নোং হেক্ ঙানবদগী ইমু্দগী থোরক্পনা মাঙোন্ হেক্ য়োবদা মুমিৎ থম্ তাই। নখোয় কনা কনা উরে?"

অতৈ কনামত্তা খুম্জিবৈগী চৈরক্নি। তোনানা রাহংদু তাপ্ ওরুগা খুমক্ই।

"অপঙ্শা! তাও, নখোয় নপানা থারম্বা হৈনৌদুনা খেৎতুনা শাবা অদুগা মাথোয়গী মপানা লোইরম্বা ঈরোই অদুগী মউমা তিংবা

মরু য়ৈরম্লগা মনাউ য়ৈপ্পে চৎপদা হুমিৎ তাবা পুঙ্‌জাউ অমথক্‌ নখোয় নপানা শারম্বা য়ুম্‌জাও অঙুদা থম্‌লিননি। লৈবাক্‌ অসিগী ৱাইবুং ওইনবা খরা থাংঙ্‌চো।"

মাখোয় অহুম্না ঙুক্‌তক্‌ খুম্‌ফম্‌ খঙ্‌ব্রিঙৈগী চৈরক্‌ অঙুদা তোনানা লৈ-না য়েংলগা লাউরকই।

"লাম্মী লুচিংবা! কনা লৈ? মাখোয় অহুম্বু য়ুম্‌ অঙু তাক্‌হল্লু, তেংগোল্‌ পুখো, হৌজিক্‌মক্‌ থাংঙ্‌চো, ঐগী ৱাথংনি, ঙাইয়ে।"

তোনাগী ৱা অসি তাবদা নিংথৌ অসি শাউবনা মৈ হৌরে। নাকন্দগী থাঙ্‌ শত্তুনা তোনাবু হাংকে চঙ্‌শিল্লকই। নিংথৌগী মতৌ উবদা তোনানা হায়রকই।

"ইনিংথৌ! শাউবিগনু! ইনিংথৌগী স্না য়াথংনা ননাই ঐ মন্ত্রী ওইজরে। মন্ত্রী ওইরবনিনা লাম্মী থৌদাজবনি। মঙ্গা ইবেন্মা পীনবিরো! ননাইনা মন্ত্রী ওইরে হায়বসে য়ানিংদবা ককপা ভম্বা লৈরবদি স্না থুংস্নু থাঙ্‌না ননাইগী ঙক্‌ ককপিবা য়ারগনি।"

তোনানা হায়রিবা অঙু করিনো হায়বা ময়াম্নু ভাব তানরে। ওইদবা ময়াম্বু ওইদবনি খঙ্‌হন্‌বা ভম্বা তোনাগী লৌশিং অঙু কনানস্নু ককপা ভম্‌দ্রে অহুনা মহাক্না খ্বাইদগী শিংবনি হায়বসি য়ানরে। তোনা লৌশিংবদা মন্ত্রী হাপ্‌লে অহুগা মানা পামজরিবা নিংথৌ মচাম্নুপীস্নু লুহোঙ্‌খি।

তোনানা হোৎনজরিবা অসি ঙক্‌ য়োম্লগা সেনাপতি ওই হায়বহুনি।

## ৱাহং

১। তোনাগী মপানা শিরম্‌দাইদা করি হায়রম্মী?

২। অর্থ হায়য়ু — কাঙ্‌হাই, উৎ-পাৎ অমস্নুং শগোল্‌-প্যাউ।

# হেনরী ফোর্ড

হেনরী ফোর্ড হায়বা মুপাসি য়াম্না লায়রবা মুপা অমা ওইরম্বদগী পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী ইনাক্-খুন্‌বা মুপা অমা ওইখি।

হেনরী ফোর্ড অসি খৃঃ ১৮৬৩ গী জুলাই তারিখ কুম্থ্রাদা পোক্‌খি। হেনরীবু পোক্‌পা মপা অসি য়াম্না লায়রবা লৌ-উবা মুপা অমনি। মাহাক্ লায়রমন্‌বদগী মরাইবক্ য়েংগে খন্দুনা আমেরিকাদা খুন্দারবনি। মাহাক্ মীগী থুংনেক্ শুত্নুনা হিংননবা হোৎনরম্মী। মাহাক্কী তশেংনা হৌরক্‌ফম্‌দি ইউরোপ্‌কী আয়র্লেণ্ডদগীনি। মাহাক্ আইরিস মচানি।

হেনরীনা চহি মাপল্ শুরক্‌পদা স্কুল্ তম্বা হৌই, অতুবু মাহাক্ কুইনা তম্‌খিদ্রে। হেনরী অসি অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা খুজু-খুৎলাই শাবা য়াম্না পাম্লম্মী। করিগুম্বা য়োং মতেক্ অমা হেক্ লৈবা, নত্রগা উ মকক্ অমা হেক্ লৈবদা শান্নপোৎপু ওইরবস্থু করিগুম্বা পোৎশক্ অমা ওইননবা হেক্তা শাই। মাখোয়-ইমুংদা করিগুম্বা খুজু-খুৎলাই অমন্‌বা লৈরবদি মাহাক্না মাহু ফেংদোক্‌তুনা নত্রগা শেম্‌দোক্‌তুনা শীজিন্নবা য়ানবা হোৎনবসি মাগী মথৌ অমা ওইরম্মী।

হেনরী অসি অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌত্নুনা য়াম্না থিজিন্‌বা, খঙ্‌ননবা হোৎনবা, খঙ্‌বা ঙমদ্রগস্থু করিনো হায়বসি মুম্না মুম্না হংত্নুনা অশেংবত্থু খঙ্‌ননবা কম্না হোৎনৈ। থবক্ অস্থুম্ তৌবদা নত্রগা শাম্নবদা মানা খঙ্‌নিংবা অমা করিগুম্বা থেংনরবদি মাহু খঙ্‌নবা হোৎনবদা চাবা-তুম্বা হেক্‌তা চঙ্‌দে।

নোংমা হেনরীনা ঈশিং লুমই। ঈশিং অদুনা ব্রোং ব্রোং শৌরক্পহু মুন্না য়েংলগা চফু অদু মখুম্ চেৎনা থোক্ খুম্জিল্লে ; অদুদগী চফুদু মনিন্ থোক্পা ভম্ব্রদুনা পোক্থাইরক্লে। চফু অদু মচেৎ-মচেৎ পাইথোক্খি। চফু মচেৎনা পান্দুনা কা অদুদা লৈবা পোৎ-চৈদু কায়খি অদুগা মাহাক্ মশাসু অশাবা চফু মচেৎনা মকোক্তা থাদুনা য়াম্না থীনা শোক্খি। মকোক্তা শোক্লে হায়দুনা মাহাক্ হেক্তা তোক্তে, অমুক্সু থাঙ্গৎতুনা মুমিৎ অদুমক্তদা মনীনুনা কান্নবা অদু চাং য়েংখি।

নোংমদি মাগী মরুপ্ অমথক্কী ঘড়ী অদু শেম্বিগে হায়রম্মী ; অদুবু মাগী রা অদু তারগা মমান্নবাময়াম্না রা-রা নোক্লরম্মী। মমৈথঙ্দা মানা হায়মল্লবা অদুদা ঘড়ী অদু মাবু শেম্হল্লে। খুদক্ অদুদা হেনরীন য়োৎপী মতেক্ অমা থিরগা মতোন্ তুম্না ফেংদৎলগা ঘড়ীদু হাংলে। মাহাক্না মুন্না য়েংবদা, ঘড়ী মনুংগী চাকা অমদা লৈচ্রেং মচা অমা নপুনা লৈবদু উরে। লৈচ্রেং অদু হেক্ লৌথোক-লুবদদি ঘড়ী অদু তেক্-তেক্ অদুম্ চৎখ্রে। অশুম্ তৌদুনা হেনরী অসি মথুৎ-মশা য়াম্না লেঙ্বা মীনি।

হেনরীনা চহি তরানিথোই শুরক্পা মতম্দা মনা শিখিরম্মী। মমা লৈখিদবদগীদি হেনরী মশানা ইমুং মনুংগী থবক্ পুন্নমক্ মাহাক্না তৌবদা তাখ্রে। মুমিৎ খুদিংগী শঙ্গোম্ শুম্বা শন্-শগোল্ পুন্নমক্কী শজিক্ পিজবা, শন্থি শন্যুং শেংদোক্পা অসিনা মাগী অয়ুক্কী মথৌনি। স্কুল্ মতম্ ওইরক্পদা স্কুল্দা চৎতুনা মহৈ তম্খি।

স্কুলদগী হল্লক্লগম্থু মাহাক্ ঙাইহাক্তা পোত্থাবা নত্তে। শম্ অমস্থুং শগোল্গীদমক্ চাননবা চক্ক কক্পা, দানা থোংবা অমস্থুং শীং খায়বনচিংবা অসিনা মাগী স্থুংথিল্গী মথৌনি। হেনরী অসি য়াম্লৌ ঙম্ত্তা হৌই অত্থুগা স্থুংদাং পুং মাপল্ তাঞ্জিফাউবদি মাহাক্ তুম্বা শংদে।

মরাইবক্ থীরবা হেনরী অসি স্কুল্ নিংথিনা তম্লক্ত্রে। মানা লৈরিবা য়ুম্ অত্থু অয়াম্বনা য়োং শুবগী থবক্ তৌই অত্থুনা মাহাক্স্থু অশংবা মতম্দা য়োং-শুবা য়াওত্থুনা য়োং শুবগী মরম্ খঙ্ননবা তম্লক্ই। হেনরী মপানদি মাহাক্পু য়োং শুবগী মরম্ অসি তৌহন্নিংলম্দে অত্থুনা মাবু লৌ-উবগী থবক্তা থাজিল্লি। হেনরী অসি মপাগী য়াথং ঙাক্তুনা লৌ-উবগী থবক্তি তৌই হায়ববু মাহাক্তি থবক্ অত্থুদা কুয়া হৈনিংদে। অয়ুক্তা লৌবুক্তা চংলি অত্থুগা ময়ুম্দস্থু য়োং শুনবা মৈফম্ পান্থত্তুনা য়োং শুই।

হেনরীনা লৌ-উবগী থবক্ অসি পাম্জদবনা লোম্না ময়ুম্দগী চেন্খ্রে। মানা অস্থুম্ লাক্পদা, লম্বীদা ইঞ্জিন্ অমা মীনা থৌত্থুনা চংলম্বত্থু উবদা মাহাক্ লেপ্তুনা মুন্না য়েংঙি। ঙাইহাক্ মুন্না য়েংলগা ড্রাইভর অত্থুদা চঙ্শিল্লগা ইঞ্জিন্ অত্থুগী মরম্দা হংঙি। ড্রাইভর অত্থুনস্থু মানা থঙ্বমথৈ লোয়না তাক্পিরে।

হায়রিবা মতম্ অসিদা মাহাক্ চহি তরাতরেংতা ঙাইরি। মাহাক্না মফম্ অত্থুরাইদা কোইথি-থিরগা অহান্বদা জেম্স ক্লোয়ার কোম্পানীদা থবক্ য়াউই। কোম্পানী অসিদগী ফংবা শেল্না মাগী থরচ কোয়্নদবনা ঘড়ী শেম্ফম্ অমদা মতম্ থরা থরা ঘড়ী শেম্বা য়াওত্থুনা থরচ কোয়্নবা হোংনৈ।

মতম্ খরা লৈরগা ড্রাইভক্ ইঞ্জিন্ কোম্পানীদা থবক্ তৌই। অসুম্ তৌহুনা মাহাক্না মথং মথং ইঞ্জিন্গী থবক্তা য়াওরক্পা অমি মমৈদদি মাহাক্ লম্নোমগী ইঞ্জিন্ অসিগী মরম্দা য়াম্না খঙ্বা মী অমা ওইশিল্লকুনা মতিক্ চাবা মেকানিক্স অমা ওইরে। মতম্ অসিদা মপানা কৌরহুনা ময়ুম্দা হল্লক্লগা মরক্তাই ৱার্কশোপ্ লীংখৎহুনা থবক শুরে।

খৃঃ ১৮৮৮ দা মাহাক্ লোম্নী অমগী মচানুপী লুংহোংখি। মতম্ অদুদা মাহাক্না অয়াঙ্বা ইঞ্জিন্ শাগে খল্লকই। মাগী ইঞ্জিন্ অদু শাদি শাই অদুবু মানা ওইহল্লিংবা মওংদি তাদ্রে। অদুদগী মহাক্না এডিসন ইলেক্ট্রিক্ কোম্পানীদা থবক্ তৌরম্মী। মাহাক্না কোম্পানী অদুদা হেক চংথবগী মতম্ অদুদা ইঞ্জিন্ অনীথক্ শীজিন্নবা য়াদহুনা লৈরম্মী। মাহাক্না ইঞ্জিন্ অনীহু শেম্জিন্দুনা য়ানবা হোৎনখি। মাহাক্না হে-শিংবাসি উবদা কোম্পানী অসিনা মাহাকপু চিফ ইঞ্জিনিয়ার হাপ্লে।

হেনরী অসি হুমিং চুপ্পা থবক্তা শুজরগা মুত্তাইজবা মীতানি। অহুনা মাহাক্কী মশাদা ভাইহাক্তা পোথাবা লৈতে। অসুম্ তৌহুনা হুমিং চুপ্পা থবক্তা শুহুনা লৈবাননা মোটর গাড়ী শানবা হোৎনরক্লে।

খৃঃ ১৮৯১ দা হেনরীনা মাগী অহান্বা মোটর গাড়ী শাবা লোয়রে। মাগী থৌরাং অদু উবা মীশিংনা মাবু 'নোক্লদবা য়াওখিদে। মীলপুন্নমক্না নোক্লম্বসু মাগী থুপী আসিদথক্ নোক্লদে, থোইনা হেন্না নীংকুম্বা পোক্লম্বা রাঙাং খরনা হেনরীগী পুক্নিংথোগৎলে। মাগী থবক শুবদা মাহাক্সু ইমুং-মনুংগী থবক্ লোইর্থোক্লগা তেংবাংতি। মরামগী

মীনোক্ থাঙ্না-থাঙ্না হেনরীগী অহান্বা মোটর গাড়ী অসি চাং য়েংলে, চৎলো য়াদ্রে।

গাড়ী চৎত্তবা অদুদা ময়াম্ অদুনা অমুক্কা হেন্না নোক্নখ্রে; অদুবু মাগী মুপীদুনাদি "ক'রনো অকাইবা অমা লৈরমম্থিনি অদুনা য়াদবা ওইরম্গনি" হায়রক্লে হেনরীন' অহিং মুংথিল নাইদনা কারি অকাইবা য়াওরবনো হায়দুনা কুপ্না য়েংলে।

খৃঃ ১৮৯৩ গী এপ্রিল্ থাগী অয়ুক্ অমনি নোংমু য়াম্না কন্না তারি। হেনরীনা নৌনা শারবা মোটর গাড়ীদু ইস্তোররক্লে অদুগা চাং য়েংলে।

কয়াদা থরাই য়াওখ্রবী হেনরীগী মুপীনো য়েংঙু। নোং তাই হাযদুনা ছাটিন্ পুথোরক্লুনা থান্বা হোৎনজৈ অদুবু হেনরীনা শাবা গাড়ীদু চাং য়েংবদা খোবা যারদুনা অদুম্ থোখ্রে। মাগী মুপী অসি গাড়ী থোগ্লগা লৈহৌবা নত্তে; গাড়ী অদুগী মতুংদা ছাটিন্ পায়দুনা অদুন্ হল্লরি। মুমিৎ অসিদগী হৌদুনা হেনরীগী হোৎনবগী মহৈ য়াল্লে। মাগী অহান্বা মোটর অসি হৌজিক্ফাওবা ফোর্ডকী মিউজিয়মদা থম্লি।

ফোর্ডনা হৌদোক্থিবা মোটর অসি ফগৎনবা মাহাক্না কন্না হোৎনখি অমুম তৌদুনা হেনরীনা অয়াঙ্বা গাড়ী শাবা অসিদা মী পুম্নমক্না থাগৎনখি। মাহাক্না হৌজিক্কী ফাউরবা "দি ফোর্ড মোটর কোম্পানী" হায়না খৃঃ ১৯০৩ দা লিংখৎতুনা পৃথিবী-শীন্বা খুংনা শীজিন্নবা য়ানবা গাড়ী লীশিং লীশিং-শাখি।

অমুম্ তৌদুনা হোংনবগী পাঙ্গননা হেনরী অসি পৃথিবীগী কান্নবা পোংশক্ অমগুম্ হৌদোক্খি অদুগা মহাক মশাগী পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী ইনাক্ খুন্বা মুপা অমগুম্ ওইখি। হেনরী অসি খ্বাইদগী ইনাক্ খুন্বা মীনি অদুবু মহাক্কী পুন্সিদি চম্না লেপ্লি। মাহাক য়ু থক্তে অদুগা চুরুপ্ থক্তে। মতম্-লৈবথিবিক্তা লায়রবগী মতেং পাংঙি অদুগা স্কুল, কলেজ, অমা-লাইয়েংশং কয়া কয়া দান তৌথি। মাহাক্ খৃঃ ১৯৪৭ দা লৈখিদে।

## ৱাহং

১। হেনরীনা অঙাং ওইরিঙৈদা করম্ তৌই?

২। হেনরীনা করম্ তৌনা মনিন্ চাং য়েংবগে?

৩। হেনরীনা মাগী মোটর গাড়ী অহানবা চাং য়েংবগী ৱারীডু হায়য়ু।

৪। ৱারীসি পারগা করি পাউতাক্ ফংবগে?

# হৌদোংগী বিচার

ইংখোল লমহাং অমদা উরেংকোম্থো পুঙবা অনী লৈরম্মী। ইমুং অনী অছু য়াম্না চান্নরম্মী। সুভিগী মখোই মরি চাক্তামিন্নৈ। করিগুম্বা মকমদা অচা-অথক য়াম্না লৈবা থেংনরগা মতোম-মতোমদা থক চাদে। মখোই মরিমক পুল্লপ হৌনদুনা য়াম্না পুকচেল তিন্নবা মচীঙ্গাক খুনমিন্নৈ। নোংয়াই, নোংঙাল্লমদাই, স্থমিৎ যুংবা খুদিংগী মখোই মরি পুন্না পুংজা খোংমিন্নৈ। মতৌ অসুম্না ইমুং অনী অছু য়াম্না সুংঙাইনা লৈরম্মী।

নোংজুথা লাক্লে। নোংনা অতৎ-অথম লৈতনা জী-জী চুথরক্লে। খোংবাল লুক্লাং পূন্নমক ঈশিংনা চাংজো পারে। অরাপ্পদা লোইজীং ঈখোল তারক্লে। উথুম, উমু, চেক্লাউবীনাচিংবা পাংকী উচেক্ কয়া লোবুক্তা তাররে। রা-স্না লাউবা ঈশিং ঈরাউখোল মরক্তা উথুমশিংনা খোম্থাঙ য়ৈনা "তুম, তুম" হায়না খোংলক্লে।

মকুম-মথা ওইরদুনা উরেংকোম্থো পুঙবা অনী অছু শাগৈ তানরে। ইমুং অনীমক মচা তরা-তরামুক পোক্লরদুনা য়াম্না থুৎ কম্নরে।

মী য়াম্নগা রা য়াম্মী। হৌজিক ইমুং অনী'ছু হান্নগী যীতম হোংলে। মহৌশা অছুক চান্নরবা অদুনা হৌজিক্তি মচা মচাগী মরীদগী ঐগী মীগী নাইনরক্লে, ইমুং অনী'ছু থাইবুং থাইবুং তানরে। মচাশিং অদুনা হেক খৎনগল্লিবসু হায়নিংঙাই লৈতে। অমত্তংনা লম খজিক্তকা হেন্নুবা য়াবা নত্তে, চীক্লকইবা, ফুরকইবা, তান্নরকইবা মহানি। অমদুসু

মনুংশা থবেং-থবেং হোল্লহুনা হেক্ক চেল্লকই ; হীক হীক কপ্পহুনা মমাদা হেক্ক মতৈম্মে— "ইমা ! ঐবু মথোইনা ফুরকইবনিনে ।" মীকুপ অমগী মনুংদা মমা মমা ফন-ফন হেক্কো চোংথোক্লে । প্রেপ প্রেপ লাক্লহুনা পঙফু হেক্ক ফুনৈ ।

হুমিদাংরাই মাগী মাগী নীপানা য়ুমদা হঙ্জিল্লকপদা মহৈ মহৈ হেক্ক রাকৎনৈ— "নংদি কোইয়ু, কোইয়ু, কোইয়ু । ঐবুদি মীনা ফুরে, ফুরে, ফুরে" ।

নীপাশিং অহু ক্রং ক্রং হেক্ক শাউগৎনৈ । মরৈ ভৎ-ভৎ লোমহুনা ফন-ফন হেক্ক চোংশিল্লরকই । ফুইনা ফুইনা থোংহুনা হেক্ক শীংনরকই— "ফু-ফু ফুরগা থোক থোক হাৎকে ; ফু ফু ফুরগা থোক থোক হাৎকে" ।

ইংথোল অহুগা থংনবা য়ুম অহুদা হৌদোং অমা লৈরম্মী । হৌদোং অসি য়াম্না তল্লম্মী । হুমিৎচুম্না ফুঙ্গাদা কুন্দুনতা মরৈ । কোৎনুংদা উচি ময়াম লাঙলিবা অহু তারগা মমীত্তা ময়েংই অমত্তং ফারুগে হায়বদি থক ৈলতে । মীগী ঙায়োক চফুদগী ঙমু ফাব্রা থৌনা ফখ্রে । ওস্থোকনম্থ হৈখ্রে, মখুম অহু থোক হেক্ক ইনথুই, মখুৎ নামনা গ্রো-গ্রো হেক্ক ওৎলি । চোংথোক্লকপা অহুমা তাপ লাক্লগা হৌহুনা হেক্ক মচেনখি । মী উরোই খঙলোইদোবা লৈপন ময়াগুম্বা অমদা পুশিন্দুনা লোইশিল্লুরগা হেক্ক মচঙলকই ।

নোংমা অয়ুক্কি । য়ুম্বু অহুগী মাঙ্গোন্দা অঙাং অনিথক চরা রাল্লম্মী । থরা পীকপা অঙাং অহুনা মখুৎ ওইনা ঙারোঁ অমা পায়রহুনা শীক-শীকহুনা, হুম চারম্মী । হৌদোং অহুনা ঙারোঁ অহু তাপ লাকহুনা হৌহুনা চেনখ্রে । অঙাং অহুদি ক্রং ক্রং চোংহুনা কপহোৎরে । থরা

চাউরা নীপাশিংনা অহুনা প্রেপ প্রেপ তাররকখুনা হৌরোং অহু সুপনদা কিং হেক নমহুনা ফারে। মচিন শুরুবা পুওমু হেক হুরে।

হুমিং অহুদগী মহাক মুম অহুদা অমুক হুরকখিরে॥ লৈকাইগী মুম খুদিংদা চওহুনা চাকপোই চাবা হৌখ্রে। অমুক হুংখিরা খোংথাদা ঊচি শর মা, হুমিদাং ওইরক্লগা অমগীদা মর চঙ, অমুক অমগীদা লিনি কুমনি হেক লৈরম, অহুম হৌনা মুমথাও হৈৱা লম্বোইহুনা চংলক্রে।

হৌরদাং অদি হুমিং খুদিংগী ঊরেংকোম্বো অনীনা অম মুমরিবা ইংখোল অহুনা হেক হেক লাক্লগী। হুতিগী অমুক অওনবা হুমিং মরং তাং হেক হন্দোরকপদা লীক্লা মরক অহুদা কাম কামহুনা হেক্ত মরাকই। ইংখোল অহুগী লৈপল অমদা কাখৎলহুনা মমায় অহু হুংশা হেক য়াইরহুনা হেক্ত মফম্রে।

নোংমদি হৌদোং অহুনা লৈপন মথক অহুদা হুংশা য়াইহুনা মমায় তারিউওদা উরেংকোম্বো অনী'হু য়াম্না থীনা হেক চীক্লরক্রে। অনী অহুগী কুমৈম্ব হুংওাইবনা মহানি। চোংশিন-চোংশিন খুজিন্না ফৎ-ফৎ হেক খোক্তৎলৈ, ওাঙ্গৈহাক অম। প্রেপ প্রেপ নম্নহুনা মশানা শেৎ-শেৎ হেক কৈম, অমুক গু্ং-গু্ং হেক তানশিনৈ, মহানি।

হৌদোং অসি লৈপন্দগী তপনা কুমথক্রে। মহাক্না পাকথরহুনা পোইশুনি হায়বগী মতাঙদা য়াম্না হেকপিরা। উরেংকোম্বো অনী অহু অমা চওশিন্নকই। উরেংকোম্বো অনী'হুনা মহু হাম্না হেক উশোনকখ্রে। মখোই অনী'হু খাংলেপ হেক লেপ্পী। অফি-অমং পুমনক থামোক্তুনা হায়রকই—"ওজাবু! বিচার অমুক তৌবিরমু"।

হৌদোং অসিমা মথোাই অনীনকী য়া তাহনা ভাইহাক রাখল তোরগা হায়রকই—"ইস মখোইগী রালিদি লুইদা। মসিগী বিচারদি নোংমদা শাক হেক লোইবা থরোই ; অতম থা্রা চঙবা তাই। মখোই অনীমক চুম্মী, নবাম্নীমক লাল্লী। করে, ভসিগী বিচারদি অসিভা লোইরে। হরেং অমুক তৌগনি। কদাই, ঐগী রায়েনমন পীরো"।

উরেংকোম্বৌ অনি অতুনা মথরাই মুংভাই-মুংভাইতনা মচা অমমম পুথোকতুনা পীরম্মী। উচেক মচা অনী অদু পুরহনা হৌদোং অদু হরাউ-হরাউ অদুম চৎখ্রে।

হৌদোং হেক চৎথিবথা উরেংকোম্বৌ অনী'হু হায়দগী শরুক তরা হেন্না মৈ হেক হৌনরকই ; মাগী মাগী মচা হৌরোংবা কাথিবগী মরাল অদু মইহে মইহে থওজিন্নে। শাউবনা ফী-কী কাম্নরহুনা হেক শীংনরকই—"ফু-ফু ফুরগা থোক থোক হাৎকে, ফু-ফু ফুরগা থোক থোক হাৎকে"।

মুত্তিগী হৌদোং অদু মতম ইরুাই হেক কায়েদনা হেক লাকই। বিচারনি হায়রহনা, মখোই অনীমক চুম্মে, নবাম্নীমক লাল্লী, কদাই ঐগী রায়েনমন হেক্ক মহায়রৈ। উচেক মচা অনী মুহনা হেক্ক মচৎখি।

মতৌ অগুম্না হৌদোং অতুনা নোংমা নোংমগী হোজিল্লকপদা মমৈদদি উরেংকোম্বৌ অনী'হু মচা অমমমদা ভাইনরক্রে।

মথংগী মুমিত্তা হৌদোং অতুনা লাকপদা মথোাই অনীনা য়ায়া নীংঙমদনা হায়রকই—"ওজাবু ঐখোাই চায়জরগে ? অমুক হন্না থৎনবা তৌজররোই। হৌজিক ঐখোইগী মচা অমমমদং লেমহৌরিবা অসিদদি ওজানা কৃপা তৌবিরক্ত"।

মসি তাবদা হৌদোংনা হায়রকই— "নখোই করিমত্তা চিংনগনু। ওসি নখোইগী বিচার লোইবা তুমিৎনি। হয়েংদি ঐগী ৱাই হায়দোক্লগনি। ওসিগীদি অসিদা 'সুম লোইরে। কদাই ঐগী ৱায়েনমন··· ··· ···"।

উরেংকোম্বো অনী'হুনা কপ্প কপ্লহুনা মচা অমমম্ লৈনরিবা অহু হৌদোংদা পীরে। হৌদোং অহুনা অনী'হু পুম্লপ চেল্লহুনা লৈপন মথক্তা কাথংখ্রে, ওাইহাক্তদা অহুম লোইশনখ্রে।

নোং ওাল্লে। হৌদোং অহু থুংওরে। মহাক্কা বিচারগী ৱাই হায়দোরকই—"নখোই উরেংকোম্বো হায়বা জাৎ অসি য়াম্না থৎনগনবা জীবনি। ইংখোল আসদা নখোই অনী পুম্না লৈরবদি হয়েং তুংদা অমুকম্থু থৎনরকতুনা ইংখোলগী শান্তি থুগাইয়রকপা য়াই। থৎনগনবা নখোই অনী চংখ্রো। ইংখোল অসিদি ঐগী ওইরগনি"।

উরেংকোম্বো অনী'হু মরোল মরাং তাক্লবা কান্দা ইংখোল অহু থাদোক্তনা চৎনখি। মখোই অমুক হল্লকখিদ্রে। কদাইদা চৎখ্রবা, করম তৌখ্রবা, কনা অমতনা খঙখিদ্রে। য়েংদো মরক্তা লোৎলিবৈদা পাঙন উচেক তানবনা নোনজৈনা থিন্দুনা ফাখিরম্বসু য়াই, মথুং লেঙবা অঙাংনা নাউরীনা কাপথেকতুনা শিখিরম্বসু য়াই; তশেংবদি কনাসু হায়বা ঙমখিদ্রে। থৎনগনবা উরেংকোম্বো অনীদো, কেশ তৌনবা পাম্বদো, অকোকপদা কোরেক মাঙ, মরমসু হৌদোংনা মুলহোরে, মচাসু ৱায়েনমন ওইনখ্রে।

[ অপাংবগী মরল্ অশিংবনা চাবা হায়হুনি—খোমৃজবা ]

## ৱাহং

১। ৱারী অসি পারগা করি পাউতাক ফংবগে ?

২। ৱারী অসি নশাগী লোন্দা শম্লপ্না ইযু।

# লিস্নোইঙম্বী

ভারতা মরৈবাক্‌পু লুনা নিংজবী থোনা ফবী মুপী কয়া কয়া পোক্‌খি। পোক্‌খ্রিবী ময়াম্ অসিগী মনুংদা মৈত্রবাক্তা চাউরবা লৈমা লিস্নোইঙম্বীসু থোনা ফবী অমনি।

মহারাণী লিস্নোইঙম্বী অসি মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বগী মনাও ইবেম্মনি। মতম্না শাংখিবা অমদি মৈত্রবাক্ মচানা মতম্ থরা কাউথোক্ল বনা মথৌনা মরৌশিং লৈরবী থৌনা ফবী লিস্নোইঙম্বীগী রাদি মতম্‌গী শায়োন্না কুপথিবনা উক্লত্রে, তাক্লত্রে।

লৈমা লিস্নোইঙম্বী অসি মুপী ওইবীগী হোমবী মগুণ পুম্নমক্ শুনা ভিরি, লৈবাকী মতম্মা ওইবদা মতিক্ তারবী, মথৌ থঙ্বা অমসুং মপুন্নোইবা লিংখিনি। মথৌনা মরোশিংদা শারবসু মী পুম্নমক্না তোয়না থেনবী লক্ষীবাইবেনি হায়বদা হায়মজবা থোক্লোই।

লিস্নোইঙম্বী অসি অঙোম্ নিংঙোম্নি। অঙোম্‌গী ইমুং অসি মতম্ অহুরাইগী লুংঙাই-ম্রাইফবা অমদি মচি হেন্না ইমুং ওইবনা লিস্নোইঙম্বী অসি কেনা-মোনা লৈরক্ই। মহারাণী অসি অকে-অমো মরক্তা চাউজরক্লবসু মশাদা চাউথোক্‌পা ৈইজদে। থাংবা কম্বী, অনৌ-অনৌবা লৌশিং তান্‌শিন্‌গনবী ওইবগী মতিক্ রাঙাং-রাত্তাংসু ফজে অহুক্‌সা মানা ভাংবনু মীনা ইভাদ-ভানিংঙি। মীনা-ঙাবা তারগা মীনা মাবু নুংশি। চুম্না রাঙাং কন্নবদা নবনা মীনুংশি থঙ্‌ঙি, অরা-অনাংবু লুনা ভোই, অহল্-লমন্ মশক্ থঙ্‌না চংলি।

মতম্ অদুগী মৈত্রবাক্তি অঙকপগী মশক্নি। ফুরুপ্ অমগা ফুরুপ্ অমগা লাম্নেং তোই, য়ুম্লোন্নবা লৈবাক্সু ইতৎ-ততনা লাম্নেং তোয়বনা মৈত্রবাক্কী মুপী মুপা খুদিং অসি থাঙ্-তা অমদি লান্গী খুৎজু-খুৎলাই শীজিন্নবা তম্লম্মী। শন্না হায়রবদা মৈত্রবাক্ অসি মমাং লৈবাক্ অমদি মশাবু কন্নবা হোৎনজরম্মী।

লিম্নোইঙম্বীসু অদুমক্তাই, নিংথৌগী মনাও ইবেম্মা ওইখ্রিবৈদগী হৌনা লান্গী খুৎজু-খুৎলাই শুবা তম্লকই। য়াম্নসু হৈ-শিংঙি। মশাসু মম্লুং শেংনা কল্লি, মুপা অমনা মাহাকপু মুপীনি হায়দুনা পাক্ লাকচবা ওম্লম্দে।

নিংথৌখোম্বা নিংথৌগী স্না হাকৃতক্ অসিদা আক্লাদা লান্ থেংনরম্মী। হায়রিবা লান্‌ফম্ অসি থরা কন্‌বনা নিংথৌসু স্না খোঙ্লেংবা তারে। অঙম্ অথৌ ময়াম্না নিংথৌনা লান্‌ফম্দা স্না খোঙ্লেংলবদি স্না কোম্নুংদি কনানা ঙাক্‌হোগনি হায়না খন্নরম্ই।

আক্লাগী লান্‌ফম্না কন্‌বনা মৈত্রবাক্কী অকল্-অথৌ অপুম্বা চৎপা তারক্‌পনা অঙম্বা ময়াম্ অদু মরু থোক্-থোক্ লুক্লা লৈম্নরম্ই। অমকৃপদা লৈবা চীংমীশিংনা খংহৌদনা কোম্নুং পাংলক্লবদি থিংবা ঙম্‌হৌরোই হায়বসি উনবনা তুমিন্ তুমিন্ লৈনবনি।

অঙম্-অথৌ ময়াম্না তুমিন্ তুমিন্ লৈথ্রবদুদা মহারাণী লীম্নোই-ঙম্বীনা "লৈবাক্ করিগী রাবগে, আক্লাগী লান্ ঙম্নবদা হোৎনবীয়ু, কোম্নুং ঙাক্‌পদি ঐগী শরুক্ ওইজগে, চিংনদনা আক্লাগী লান্ লেংবিয়ু" হায়রকই।

লীংজেন্ লৈবা, থোনা যবা অমসুং মরোশিং লৈবা মহারাণীনি থঙ্বনা অঙবা ময়াম্ অদু মুংঙাইজরে। অসুম্ তৌদুনা মা কোম্ংং ঙাক্পা অসি মহারাণীদা শিন্নরম্লগা নিংথৌখোম্বা মহারাজ অসি অকন্ অথৌ ময়াম্ পুদুনা আক্লাগী লান্ লেংখি।

মতম্ কুইনা অচেংবা ঙাইরক্লিবা তুইশেন্ তাংখুল্শিংনা নিংথৌ লৈতে, আক্লাগী লান্ চৎখ্রে হায়বসি থংলদুনা তুইশেল্ তাংখুল্না লান্ হৌরক্লে।

তুইশেল্ তাংখুল্শিংনা লান্ হৌরক্লে হায়বসি তাবদা তাংখুল্ ঙাক্লবা মহারাণীনা শেম্ শাবা হৌরে। মুপীনি হায়বা খঙ্লবদি উশিৎলরোই হায়দুনা লৈরিবা মুপী পুম্নমক্ মুপাগী লান্গী ফিজেৎ শেৎহল্লে। মহারাণী মশামু মুপা ফিজেৎ শেত্তুনা নিংথৌখোম্বা নিংথৌ শারে। মুপা লাম্মীগী ফিজেৎ শেৎলবী মুপীশিং অদুনা থৌগল্ তৌরদুনা তুইশেল্ লাম্মী ঙাইরে। তুইশেল্ লাম্মীশিংদু চিংঙৈ য়োরক্পা নিংথৌ শারিবী মহারাণীনা মুপা ফিজেৎ শেৎলবা মনাই লাম্মীশিংদুগা লোয়নদুনা তুইশেল্ লাম্মীগা মায়োক্নবা থোরক্লে।

নিংথৌগী ফিজেৎ শেৎলবী মহারাণী উবদা তুইশেল্ লাম্মী ময়াম্ অদুনা নিংথৌমক্ ওইরবোই খন্বদগী হাইফেৎ ঙক্তক্ তৌবদু লৌশিং লৈবী মহারাণীনা খঙ্খ্রে। মহারাণী মখোল্ ওল্লে, অদুগা লাউরক্ই।

"পাথৌ তুইশেল্ অথৌবশিং ঐবু করি মুংঙাইতবা লৈদুনা ঐনা আক্লা লান্ থেংনবদা করিগী লান্ পাংলদবগে? ঐনা আক্লা লান থেংনবদি তুইশেল্ অথৌবা ময়াম্ লৈরি হায়না লাম্থেংনবনি, ঐনা লান্দি ওম্লক্লে, ঐনা লান্ ওবগী অথেন্পোৎ থরদি চাথো-থক্থো, হয়াওমিন্নখিশি।"

নিংথৌগী ৱা তাবদা লান্ তৌগে লাকৃপা তুইশেল্ লান্মীশিং অচু ইকাইবহুম্ পোক্লে, মবুক্ থোক্ ঙন্‌খ্রে। তুইশেল্ লুচিংবনা মখুৎ পোম্নরদুনা "ঐখোয়সু লান্ পাংগে লাকৃপনি অচুবু আক্লা লান্ লৌইরগনা হাঁল্লমলে, লান্‌পাংবা নংহৌদে, ৱারৌবা য়াদে, তুংদা অমুক্ পাংজরথিনি অচুনা ঐখোয় ইল্লগে" হায়রক্‌ই।

মহারাণী লিহোইঙম্বীনা তুইশেল্ লান্মীশিং অসি তেথরে হায়রবা উরবদা "ঙাইখো, করিগী তাপ্ হন্‌বা ৱাবরা মখোয়গী খুদোন্‌পোৎ খাকৃলিবা, হিদাক্‌মনা অহাওবা, য়ু অহাওবসি থক্‌খো। চিংঙৈ হন্‌গে তৌববু নিংথৌ ঐবু ৱারৌবরা" হায়না থাম্‌লে।

তুইশেল্ খুল্লাক্‌পা অসি নিংথৌ নত্তে খঙ্‌দবনা ইয়াদা যাখ্রে। মহারাণী য়াথং মতুংইন্না মনাই নুপী, নুপা শারিবশিং অতুদা হায়দুনা, অয়াক্‌পা হিদাক্‌মনা য়ুদা হাপ্‌চিল্লগা তুইশেল্ লান্মীশিংবু পীখ্রে। তাংখুল্ তেঙ্গোন্ অচু হিদাক্‌মনা অমস্তুং যুগী মঁযাইনা হাইহৎতুনা তুরে। অঁশিংবগুম্ তুম্নখ্রে। ময়াম অসিনা তুথখ্রবদা তাংখুল লুচিংবশিং অচু ফাজিল্লে।

তাংখুল্‌শিং অসি গ্যান তারক্‌পদদি লৌশিং তৌতনা মাখোয়বু কারে হায়বসি খঙ্‌বদগী ইকাইজরে অচুনা ৱাশকদুনা মুংঙাইনদবা অমতা লৈনদনা তাংখুল ময়াম্ হন্‌খি।

অস্তুম্ তৌদুনা মহারাণী অসিনা হৌজ থেংথাং কয়া কয়া মরৌশিংনা অমস্তুং মথৌনানা য়েক্লবা কয়া ঙম্‌খি।

## ৱাহং

১। মহারাণী লিহোইঙম্বীগী ৱা অসি শন্নখা ইয়ু।

২। লিহোইঙম্বীনা মতৌ করম্না তাংখুল লান্‌থৈবা ফাকখে?

# সোক্রেটিস

চহি লীশিং অনি চহুম্ থরা হেন্‌বগী মমাঙ্ হায়বদি খৃষ্টনা পোকদবা চহি ৪৬৯-৩৯৯ মাংলৈদা, গ্রীক্ লৈবাকী এথেন্স হায়বা সহর অমদা সোক্রেটিস পোক্‌খি। সোক্রেটিস হায়বা মুপা অসি মতম্ অমুগী খ্বাইদগী শিংলবা অমসুং মীওইবগী ফনবা থল্লবা, কাউরবা দর্শনিক অমনি। মাহাক্না মরু ওইনা তৌরম্বা থবক্তি, মতম্ অমুরাইদা লৈরিবা এথেন্সকী মীশিং অমুনা চংলিবা অয়ানবা লমচং অমু শেংদোক্লগা, অচুম্বা চংপা, মথৌথংবা পুন্সি অমা ওইরক্নবা হোংনবিবা অসিনি।

সোক্রেটিস অসি য়াম্না লায়রবা ইমুংদা পোক্‌পনা মফি-মরোল্ য়াম্না মোংলি। মতম্ পুম্নমক্তা শেগাইবা ফি-রোন্দা শেংপা অঙাং অমা ওইরক্‌ই।

সোক্রেটিস অসি মী থরা পিক্‌পা মীতানি; অমুগা মনাতোন্নু ইপাক্-পাক্লা নাম্ম, মমিংসু য়াম্না লাওই। মশক্‌সু থীরবা, মোংলবা অঙাং অমা ওইরবসু মাহাক রাখল্ লৈ, থঙ্দবা পোৎ অসি করিনো হায়না থঙ্ননবগীদমক্ য়েংশিল্লি, অমসুং য়াম্না চেক্‌শিন্না থঙ্জিন্-তাশিল্লি।

মতম্ অমুরাইদা গ্রীক্ লৈবাক্ অসি য়াম্না চাওখৎপা লৈবাক্ অমা ওইরম্মী। এথেন্স হায়বা সহর অসি গ্রীককী কোম্লুং ওইবদগী য়াম্না শৃনা ফেনা লৈনৈ। অসিগুম্বা অফে-অমোনা থল্লবা সহর অসিগী চিন্নাইদা, য়াম্না লায়রনা শাবা মুম্ অমদা সোক্রেটিসকী ময়ুম্লি।

সোক্রেটিসনা ময়ুম্দা অন্থুম্ কন্নগা হাংলবা অতিয়াদা য়েংথং-লহুনা ন্নাথন্দা থন্দুনা লৈবা অমিনা মাগী অঙাং ওইদৌদগী হৈনরক্নবনি। এথেন্স সহর অসিবু লুরাক্লা য়েংবগুম্ লৈরিবা এক্রো-পোলিস হাপ্লবা চীঙ্গুম্ অমা লৈ। চীং অসিগী নথক্তা লাইশং কয়ামরুমা শুম্হোম্-য়োম্না শাবি। লাইশং অমাম্ মখুদা প্যার্থেনন কৌবা লাইশংচু মতম্ অমুবাইগী থমিং চংলবা লাইশংনি। হায়রিবা লাইশংশিং অচুম্বা, চীংচুম্ অসিদা সোক্রেটিসনা কয়ি থন্দুনা য়েংশিংকলো হায়বদি খঙ্দে; চুমিৎ খুদিংগী মুমা গুমা য়েংতি। অন্থুম্ তৌনা মুমা য়েংলুরগা অমুক্ লুক্থহুনা মতোম্তা কয়িগুম্বা অমা থন্দুনম্বা লৈ।

সোক্রেটিসনা লাইরবা মচা ওইবদগী মোংলবনু অহল্ ওইশিন্নরগা থোইনা হেন্না মোংশিন্বা হেল্লকই। মশক্ থীবনু অন্থুম্ অন্থুম্ হেন্জিল্লকই।

মীনা শোক্পদা হঙোইনরবা পোং মরক্তা মথল্ য়াম্নবা মশা তাবগুম্ সোক্রেটিসকী মশক্ থীজরবনু থশোইহৈদি তক-তক্কই অমসুং পুক্চেন্ য়াম্না শেংতি। অসিগুম্বা মশক্-থীনা মোংলবা সোক্রেটিসনা মতম্ লৈবা বিবিক্তা এথেন্সকী মীশিং অচুদা অক-অয়ম্বা পাউতাক্না য়াম্লবা ন্নারী কয়া শাই। মাহাক্না ন্নাকী শাকা মতম্দা মী পুম্নমক্ অচুগী লায়া চংলিবা অচু, শেংনা লাক্লে হায়না তাক্পিরগা অচুম্বা চংহন্নবা কয়া হোৎনৈ।

মীওইবগী থশোই অদি ইবনা শায়কীদমক্তা পুন্সি অসি লৌচংও শাক্তং চুম্না লৈগদবনি। মী অমগা অমগা তেংবাংনহুনা চুংশিনবা, লুনা তিন্না লৈমিন্নগদবনি। মতম্ পুম্নমক্তা অচুম্বদা তাংশাবনি হায়না

মীপুম্ খুদিংদা রারী শাই। অসুম্ তৌহনা অথবা পাণ্ডিতাকা লোইননা, নহা-অহল্ খাক্তমা রারী শারক্পা অসিদা মী পুম্নমক্ মাবু থাগৎনরকুই।

সোক্রেটিসকী রারী মশা অদি চুম্না তাক্পদা মত্তে, মাহাক্ তাংনরিবা মী অহুদা মাগী রাহং থম্না হংঙি। মাদা হংলিবা রাহং অহু খুম্বা ঙমজ্রগা মহাক্না "নহোই পঙ্ঙি, ঐনা হায়রিবসি অচুম্বনি" হায়না তাকুই। অচুম্বা হায়বসি লোৎপা য়াদবনিনা নীংথিনা হায়রব-হুদদি মাগী রারী শাক্ববা মী পুম্নমক্কু ভাব তারকুই, মানা হায়বহু লৌই। অসুম্ তৌহনা মীনা মাবু অশিংবনি হায়না য়ানরকুই।

সোক্রেটিস অসি অহল্ ওইশিল্লক্পগা লোয়ন-লোয়ননা মাবু মীনা থঙনবা অমসুং য়াবা অসুম্ অসুম্ হেন্গৎলকুই, মী পুম্নমক্না মাবু মশক্ থঙ্নরকুই। অথন্নরবা মী কাঙ্বু কাঙ্বু কয়ানা মাঙোন্দা থল্লরে, কয়া অমনা মাগী সেবক ওইররে। মাগী সেবকশিং অসি মানা হেক্ চৎপা মফম্ খুদিংদা কোইনু-ইরে। হায়রিবা সেবকশিং অসিগী মন্নুংদা নহা ওইরিবা প্লেটোসু য়াওরিবনি।

সোক্রেটিসনা তৌরিবা অসি অচুম্বনি অমসুং লৈবাক্কী মাঙ্নবা করিসু তৌবা নত্তে হায়বা থঙ্লবসু, মাহাক্পু মীনা য়ানরকপা অমসুং কাওগৎলক্পা অসিদা কল্লক্পা মীসু য়াওনরক্রে। অসিগুম্বা মীতাশিং অসিনা সোক্রেটিসকী য়েক্কবা ওইররে।

সোক্রেটিসপু য়েংথিবা কাঙ্বুনা হুনূজিন্বদগী এথেন্সকী কোর্টতা মাবু কৌথংলে। মতম্ অসিদা সোক্রেটিসকী সেবক অমসুং নকুপ্শিংনা মাবু চেন্থ্রো কয়া হায়জে। সোক্রেটিসনা তৌরিবা পুম্নমক্ অচু

অচুম্বনি হায়বসি মাহাক্ মশা খঙ্লৈ, অমুগী মথক্তা মাহাক্ পাঙ্লবা অময়বা মীসু নত্তে, অদুনা করিসু থৌশাদনা লৈথোক্ই।

জজগী মমাঙ্দসু অদুমক্তাই, মাহাক্না খঙ্বা অচুম্বা অদু থাজগনবনি, অয়ান্বা চৎলোইদবনি হায়না গ্রীকী মীশিংদা তম্বিবনি হায়না অদুম্ খুল্লি। অকন্বনা অচুম্বা শক্পগী হৌনবা জজশিং অদুনা মাগী অদু লালে হায়য় অদু ওইরবদি কন্বিগে হায়খি।

"ঐদি অচুম্বদা হায়বনি, ঐনা ভাংলিবসিসু অচুম্বনি, অচুম্বা মশক্ খঙ্দবদগী অয়ান্বা কয়া তৌরিবা মীওইশিং অদুবু অচুম্বা চৎননবা হায়বনি। ঐবু হাৎলগা লৈবাকী কান্নবা অমসুং তোংজবা করিমত্তা লৈরোই অদুগা ঐসু অচুম্বগীদমক্ থরাই থাবসু করিমতা চিংনদে।"

অসুম্ তৌনা করিমত্তা চিংনদনা খুল্লিবা সোক্রেটিসকী য়াঙাং অদু মুম্না তারগা মাবু হাৎপগী দণ্ড পীখি। মাবু হাৎপগী দণ্ড অসি তাবদা মীয়াম্ পুম্নমক্ অদু মাগীদমক্ য়ানরম্মী। সোক্রেটিসসু কোর্ট মথুং অদুদা লৈনা য়েংলদুনা, "ঐগী অয়োইবা পুঙ্ফম্ লাক্লবনি, ঐগীদমক্ করিমত্তা য়াকনু" হায়রক্ই।

অসি হায়বা লোইরক্পদা সিফাই অমা চঙ্লক্লুনা মাবু জেল্লোম্দা পুখি। মাগী মুপী অঙাং অমসুং মরুপশিংসু মাগী মতুংদা কপ্না কপ্না ইল্লখি।

হাৎপগী দণ্ড ফংলবা মীবু হাৎপা অসি মতম্ অদুরাইগী চৎনবী মতুং ইন্না হেম্লোক্ কৌবা হু জাৎ অমা পীথক্লুনা হাৎলি।

সোক্রেটিসকী অয়োইবা মতম্ য়ৌরক্লে অদুবু মাহাক্তি করিসু থৌশাদনা লৈথোক্লি। ভাইহাক্ লৈয়গা জেলর চঙ্লক্লনা মনাক্তা লেপ্লরে।

"ইবুংঙো সোক্রেটিস ! মহাক্ অসি খ্বাইদগী পুক্চেল্ চাওবা অমনুং অকবা মীনি হায়বসি ঐন্থু খঙ্‌ঙি । ঐনা ইবুংঙোবু হু থক্‌হন্‌-গদৌরিবা অখ্রগীদমক্তা ঐবু রাগৌবিরু । ঐদি চুমগী, নিংথৌগী য়াথংদা ইন্‌জবনি, ঐনা ইবুংঙোবা লাল্লি নত্তগা চুম্মী হায়বসি মহাক্না হেন্না খঙ্‌বিরম্‌গনি ?"

অসি হায়রম্লগা জেল্‌র অসি মমাঙ্‌ নৈথোক্কুনা থাঙ্‌খ্রে । মাগী মতৌ উবদা সোক্রেটিসনা "নঙ্‌গী অফবদা ওইরম্মু, ঐনা নঙ্‌বু করিগুম্বা ফত্তবা অমত্তা থন্দে, চিংনকচু" হায়রক্‌পদগী জেলর অসি থোক্‌খ্রে ।

জেলরনা থোক্‌খ্রবদা ক্রিটো য়েংলগা সোক্রেটিসনা হায়রক্‌ই ।

"ক্রিটো ! মুপা অসি ঐবু ওয়ান্নোক্না লুনা তৌই । ঐনা জেলসিদা লৈরিবগী মতুং অসি মাহাক্ ঐগী ইনাক্তা ইত্তুনা লাকুই, অচুম্বা য়াম্না হেক্ হেক্ শারে । মাহাক্না ঐগীদমক্ কয়াদা য়াবি-রিবগে অদুনা মানা হায়রিবসি তৌরসি । হু অদু শেম্বরা শেম্‌লগনা শেম্লগা থুনা পুশিল্লক্কো হায়য় ।"

এথেন্সকী চৎনবী মতুং উম্না, হাংকদোরিবা মুপা অদুনা হু থক্‌পা অসি ফুমিৎ তাদ্রিকাউবগী মতুংদা থক্কদবনি । নোংমৈজুমগী মতুং অদুদা শিগদৌরিবা মী অসিনা মাগী মুংশিজবা মকপ-মপাং কয়াগা উমজুনা য়াবী-য়াতাই শাজুনা নত্রগা চামিরজুনা লৈরম্লগা ফুমিৎ তারক্পদা তপ্না থক্‌পা য়াই । অসিগুম্বা মরম্ অসিদগী, সোক্রেটিসনা হু পুশিল্লক্কো হায়রক্পদা ক্রিটোনা "ফুমিৎ চৌংশোন্নদা মরৈরি, ফুমিৎ তারদবা মতম্ য়াম্না য়াংলি,, অমুক্ হাপ্লু-হাপ্লুবিরসি করিগীনো, মী

পুন্নমক্ থুমিং তান্ত্রিফাওবা মরূপ্-মপাং উন্নহুনা লৈরগা থুমিং তারবদদা থক্নৈ, ঙাইহাক্ ঙাইবিথো" হায়রক্ই।

"চুম্মি, ক্রিটো! মাথোয়শিং অহুদি থেংথরগা কান্নবনি, ঐগীদি হু অহু থেংনা থক্লগা করিম্থু কান্নবা লৈতে, অঙ্কানি অহুনা তৌগদৌবা থবক্ লোইথোক্পা ফরে" হায়না সোক্রেটিসনা ঙাইহাক্তা পম্থবা য়াত্রে।

সোক্রেটিসনা য়াত্রবহুদা ক্রিটোনা হু পুরক্লো হায়না থঙ্হল্লবদা জেলর অসিনা হু পুরহুনা চঙ্লক্ই। সোক্রেটিসনা জেলর অহুবু য়েংলগা "থুংশিরবা মরূপ্! হু অসি থক্লগা ঐনা তৌগদবা করি করিনো অহু হায়রো" হায়রক্ই।

জেলর অসিম্থু সোক্রেটিসপু য়েংলগা মথোঞ্জেন্ নীঙ্কা হায়রক্ই, "হু অসি থক্লগা ইবুংঙোগী খোঙ্ অনিহু হেক্ লুম্থরক্তুনা থাংবা ঙম্লক্কবা ফাওবা হঙ্গং-হুন্দা চংপিগদবনি. চংপা ঙম্নক্ত্রবা মতম্দা হিপ্থগদবনি, মতম্ অহুদা হু আসগী মথৌ তৌরক্কনি" হায়রক্ই।

জেলর অসিগী রা তারগা সোক্রেটিসনা হু অহু জেলরগী মখুংতগী লৌরে। মহাক্না হু হাম্না তেংগোৎ অহু হেক্ পায়খিবদা অহুরাইদা লেপ্লিবা ময়াম্ অহু কপ্পবম্থু য়াওরক্লে। সোক্রেটিসনা হুগী তেংগোৎ অহু পায়রগা করিমতা অকিবা, অথুক্পা য়াউদনা থক্পা হোৎখ্রে। মাগী মতৌ য়েংলগা অহুরাইদা লৌরিবা মী পুন্নমক্ অহু মমাই লৈথোক্তুনা খোঞ্জেন্ থোক্ল কপ্পরক্ই। ক্রিটোম্থু খাঙ্বা ঙম্নক্ত্রহুনা অঙাং মচাগুম্না লাউনা কপ্লক্ই। মী পুন্নমক্ লোইনা কপ্পরবনি সোক্রেটিসতদি তুমিন্না লৈবনি, ময়াম্না হৌনা কপ্লক্পহু উবদা

"নুপীদনা অহুম্না কপ্পনি, নুপা অমা হায়বহুদি নুংঙাইনা শিগদবনি হায়না ঐনা হায়খিব্রা, তুমিন নৈয়ু, খাংবা কম্বু" হায়রক্‌ই।

সোক্রেটিসকী রা অহু তাবদা ময়াম্‌ পুন্নমক্‌ অহু ইকাইনরহুনা তুম্‌-তুমিন্না কপ্পা থাংলম্মী। সোক্রেটিসতি জেলরহুনা হায়বা মতুং ইন্না হক্কং-হন্দা চৎপা হৌরক্লে। ঙাইহাক্‌ চৎলম্লগা "ঐগী খোঙ্‌ অসি লুম্‌থরক্লে, থাংবা য়ারক্তে অহুনা ঐ হিপ্‌থরগে" হায়রগা হিপ্‌থরক্লে।

মানা হিপ্‌থরবা মতুং ঙাইহাক্তুং নৈরগা সিফাই অমনা সোক্রে-টিসকী মখোঙ্‌দা কন্না নম্লগা "ঐনা পায়বসি খঙ্‌ব্রা" হংলক্‌ই। সোক্রেটিসনা "খঙ্‌দ্রে" হায়না খুম্লক্‌ই।

"হু অসিনা থম্মোই হেক্‌ য়ৌবদা অরোইবা ওইরগনি" হায়না সিফাই অসিনা হাযরক্‌পদগী সোক্রেটিসকী মশা অসি অসুম্‌ অসুম্‌ খোঙ্‌লোমদগী ইংশিন্‌খ্রে। মতম্‌ অসিদা সোক্রেটিসনা মমাই অসি ফিনা কুপ্‌শিন্‌খ্রে।

এস্কুলেপিযস হায়বা অনাবগী লাই অমা নৈ। লাই অসিদা অনাবা ফহন্‌বিনবা হায়হুনা য়েন্‌বা অমমম্‌ কৎলগা লাইশংদা হেক্‌ হেক্‌ হিপ্‌নৈ। সোক্রেটিসম্বু শিবা হায়বসি "পুন্সিগী অনাবা" হায়বহু কোক্লবনি হায়বসি খল্লুরমালে, ফিরুক্‌ খুম্নম্বা অহু থোক্‌ হাইদোক্লগা "ক্রিটো! ঐ এস্কুলেপিয়সকী য়েন্‌বা অমা তোল্লে, য়েন্‌বা অহুমতা থন্না শিংথো, কাউনুকো" হায়রম্লগা মমাই অমুক্‌ খুম্‌জিনখ্রে।

"ঐনা শোয়দনা শিংগনি, অতৈ অতৈ করি রাৎপা নৈরি" হায়না

ক্রিটোনা হংলিবসি থুম্খিজ্রে। মিনিট অমা অমিয়োম্ থৱা লোংলগী অচুদগী অহুম্ সোক্রেটিসকী অৱোইবা ওইখ্রে।

## ৱাহং

১। ৱারী অসি পারগা করি পাউত্তাক্ ফংবগে ?

২। সোক্রেটিসনা শিরম্দাইদা করি হায়রম্বগে ?

৩। সোক্রেটিসকী মরম্দা অথঙবমখৈ ইয়ু।

# ঈশ্বরনসু তেংবাংবি

থাইনা থাইনা মমাঙ্ঙৈদা লুখ্রাবী অমথক্ লৈরম্মী। মাগী লোম্নবী অহন্না পোক্রম্বী, মাগী মচাগুপী মশক্ মতৌ ফজরবী অমসু লৈরম্মী। লুখ্রাবী অসি য়াম্না লায়রবনা নোংমতা চরা অনীগুনা চাবা ফংলম্দে। অসিয়ৌনা লায়ররবা মখোয়না হুমিৎ খুদিংগী হুমিৎ তরং তরং হেক্ হুন্দোরক্পা মতম্দা লৈ-শু থৱা হেক্রগা, মাখোয়গী লৈজবা থরগা লোয়নদা মহাদেবদা কৎ-কৎতুনা থুরম্জরম্মী। মাখোয়গী চান-থক্রবা খুদিংমক্ অহু মহাদেবদা কৎত্রিমখৈ থক্ চাদে, থক্কে।

নোংমদি লুখ্রাবী অসি লৈকাইগী কৌশু-লঙ্বা চৎখি। মচা গুপী হুমিৎলৈমা অসি চাক্ য়াম্না লাম্নহুনা মমা হল্লক্ত্রিঙৈদা চাক্ চাথোক্লে। হুমিৎলৈমনা মাগী শরুক্তু চাবা হেক্ লোইমগী অহুদা, অহল্ ওইরবা হুপা অমথক্তা চাক্ থিত্তা চাজলে হায়না

নিরে। তুমিংলৈমনা মমাগী শরুক্ থাক্লিবা অহুদগা তংখাই অমা থাইদোক্লুনা মহাদেবদা কৎলুরগা চাক্নিবা অহল্ অসিদা পীজথোক্খ্রে।

মীগী ফো রানা শুরুরগা চাক্ লায়া, চরিত্রৎনা লাক্লগা চাক্ চাগে তৌবদদি চাক্ শরুক্ তংখাই অমা লৈরমগ্রে। মমা লুখ্রাবী অসি চাক্ লামুখিবহুন। শাউমনখ্রহুনা, "চাক্ অসিদা ভাইরবরা, এনা অসুক্ রানা শুরুরগা চরা নামতং চাবা অসিফাউবা পুক্ থম্না পীজররোই তৌরব্র।" হায়না মচান্নুপীদা শাউনা চৈরক্ই। তুমিংলৈমা অসি মমানা য়াম্না শাউবা অহুদা খুম্দোক্পা ওম্ত্রহুনা তুমিন্না অহুম্ লৈরে।

মমা অসি শাউমনখ্রহুনা চুম্না চৈরম্বদগী ফু-চৈবা তৌশিল্লক্লে। মমানা ফুমল্লবা অহুদা "ইমা! চাক্ লাম্মল্লহুনা ওাস্ ইমা ভাইদনা চারুরে, এগী শরুক্তু চাবা হেক্ লোইবদা চক্নিবা অহল্ অমনা, চাক্ চারক্তবা হুমিং হুম্নি শুরে, চাক লৈরবদি থরা চাগে হায়বদগী, ইমাগী শরুক্ অচু তংখাই অমা মাডোন্দ পীজখিবান"। হায়না খুম্লক্ই।

মমা অসি চাক্ পুক্ থল্লরোই থনবদগী শাউবনা "নাচন্ থিন্নু, মীগী শরুক্তি হায়বক য়েংদনা মথিবোং চাডৈ-চাথোক্লগা কদাইদগী চাক্নিবা লাকুইকা হায়শিন্নরিবনি চিনখিবীসে" হায়না অমুক্নু ফুবিরে।

"ইমা! এনা হায়রিবসে অশেংবনি" হায়না তুমিংলৈমনা কপ্না কপ্না খুম্মি।

"নচিন থিন্নুনহৈ, পীজুগে হায়রগা নঙগী শরুক্তো পীজবা য়াদ্রা, ইস — মানা হান্না চাথোক্লুরেকা হেক্ত হায়জিল্লিবনি" হায়রগা অমুক্নু থীনা ফুনিরে।

স্নুমিৎলৈমনা হুম্না হুম্না হায়জবহ্ন য়াবিত্রে। মম্না অসিনা স্নুমিৎ-লৈমগী মমা অশিবকাহ্ন চিংথোক্-চিংথোক্লুনা চৈবা হৌরক্লে। মদৈদদি, "ঐগা লৈমিন্নবা ওম্জররোই, নখিবোং থাক্পগ্ন ওম্জররোই, য়ুমসিদগ্ন লৈবিরণ্ন" হায়না শুম্জিৎনা কন্-কন্দুনা ইম্নুং লময়াইদগী মঙক্শম্ পায়র-পায়রগা ইস্থোরক্লে।

স্নুমিৎলৈমা অসি মমানা তাম্থোক্পিরবা অহুদা লৈকম্ লৈতহুনা অহুম্ থোরক্লে। লম্জাউ-লক্সাং কন্না চৎলক্পগা নুংশানা শেং-কাইবথৈ শাবগা চারক্-থক্লুক্কবগনা মখোঙ্ থাংবা থোক্লক্ত্রে। ঙাইহাক্তুং পোত্থাবদা শা-কৈনা শোক্তনবা হায়হুনা মাহাক্লা খোংনাং বট পান্বী অমদা কাথৎলগা উশা অমদা তোংহুনা পোত্থারি।

ঙাইহাক্ লৈরগা মশক্-মতৌ ফজরবা নিংথৌ মচান্নুপা অমথক্লা শজি অস্নুম্ তান্নরক্পদা ব্লারহুনা উরুম্ লাংবা মফম্ থিরক্ই। নিংথৌ মচান্নুপা অসিগ্ন স্নুমিৎলৈমনা মথক্তা লৈরিবা খোংনাং বট অসিগী মখোঙ্দা ফম্নরে। নিংথৌ মচা অসিস্ন ব্লারমাল্লে, খোংনাং মন্না অমদা মোন্ থাঙ্লহুন', মমাক্ট লোংখৎনা তুম্নরে।

নিংথৌ মচা অসি ওস্থোক্লা ফজখ্রে, স্নুমিৎলৈমনা মাবু উবদা য়েংদবা ওম্লম্লে। মানা নিংথৌ মচা অসি অস্নুম্ য়েংল-য়েংলগা মমিৎতগী মপি অস্নুম্ শিস্কখি। মপি অহুনা থজাই চাইরুংদা অস্নুম্ চেস্থরক্লুনা নিংথৌ মচা অহুগী মমিৎ মপাদা ফোং-ফোং শান্না পোপ্ পোপ্ অনি অহুম্নক্তুং তাখ্রে।

স্নুমিৎলৈমগী মপিনা ফোং-ফোং শানা তাবহুদা থংপেক্-থংলহুনা মিকপ্ হেক্ থোক্ই। নিংথৌ মচা স্নুপা অসিনা কোইয়েং-য়েংবদা,

উশাদা ফম্লহনা কপ্‌লীবা হুম্বিংলৈমবু উরে। হুমিং লৈমগী ফজবা মশক্ অদু উবদা নিংথৌ মচা অসিস্থ মিৎকম্‌ হোংদনা য়েংলম্মী।

নিংথৌ মচাহুপা অসিনা হুমিংলৈমদা য়েংলহনা, "ইবেম্মা! করি লম্বদগীনো, করিগীদমক্তা কপ্লিবনো" হায়না হংলকই।

নিংথৌ মচানুপানা হংলকপসি তারগা হুমিংলৈমসি থোইনা হেম্না হীরা হীরা কপ্লকলে। মাগী মতৌ অদুদা নিংথৌ মচা অসিনস্থ মুন্না হংলকপদা "ঐ ইয়ুম্স্থ লৈজদে, ইমা-ইপাস্থ কনামতা লৈজদে, ঐ অসি তোল্লবীনি" হায়না কপ্পা কপ্পা হুমিংলৈমনা খুম্লকই।

নিংথৌ মচা অসিনা হুমিংলৈমা অসিবু মাগী মুপী ওইগে থন্‌বদগী হায়রে, হুমিংলৈমস্থ য়ারহনা নিংথৌ মচা অসিনা পুরক্লে। হুমিংলৈমনা নিংথৌ মচানুপাবু মপুরোইবা ওইনা ফংজবসি মহাদেবনা মাগী রাবা উহনা থৌজান্‌বিরকপনি হায়না খল্লহনা, মাগী থম্মোইদা মহাদেববু হন্না হন্না খুরুমজে।

নিংথৌগী কোম্নুংদা পুরক্লে। নিংথেমস্থবী মরাম্ অহনা হুমিং-লৈমগী যজবা অদু উবদা ত্তৈরম্মী। নিংথেমক্তবীশিং অহনা হুমিংলৈমগী মরি-মথোঙ হংলম্মী। হুমিংলৈমদি মাগী ফিভম্‌শিং অদু হায়দোকপা ইকাইজরহনা থক্ হায়দোক্তে। মানা অশেংবা হায়দোক্তবা অহুদা নিংথেমনুবীশিং অহনা হুমিংলৈমা অসি অচৌবা নিংথৌগী মচানুপী ওইরমগনি হায়না খল্লম্মী।

হুমিংলৈমা অসি খিত্তংদি হুংঙাইজরে অহুবু মতম্ লৈবা খিবিক্তা মমানা মাবু খিবিরক্তবা হায়না হুমিং খুদিংগী মহাদেববু খুরুমজরম্মী।

মুমিৎলৈমনা কোন্নুংদা লৈখ্রে হায়বসি মমা অসি তাখ্রে, অদুনা মাস্থু মচাগী মনাক্তা লৈরগা অৱা অনা থরা কোক্প্রা য়েংলুগে হায়না লাক্লে।

নোংমা মুমিৎলৈমনা মতোম্দা ফম্লিঙৈদা মমা অসি ফি শেগাইবা অমা শেৎলদুনা লাক্লে। মমা অসিনা মুমিৎলৈমগী মনাক্তা লৈগে হায়রৱে।

মুমিৎ লৈমনা মানা হায়রিবা অদু তারগা, "ঐদি ইমাস্থু লৈজদে, ঐগী ইনাক্তস্থু লৈবিরম্নু, ৱা মথা য়াম্না ঙাংদুনা নিংথৌ মচানুপাগী মমাঙ্দা ইকাইবা পীবিরম্নু, ইমাস্থু ইমাগী থোক্পা পাল্লুরো, ঐবু অমুক হন্না য়েংপিররম্নু, চৎপিখ্রো" হায়রকই।

"মাইথাবী। ঐনা নঙ্বু য়ুমদগী তাম্থোক্লমম্রবদবু নহাক্ নিংথৌ মচা অসিদ লৈবা ফংজখিদ্রা? ঐগী ইপান্না নঙ্ মুংঙাইবা নত্রা? ঐনা 'সিদা লৈগে হায়বসি য়াত্রবদি অমুক্স্থু নহাক্ নিংথৌ মচাগা কায়নহন্গনি'" হায়িনা মমানা শাউনা হায়রকই।

মুমিৎলৈমা অসি তোফম্ থঙত্রদুনা কপ্লক্লে, অদুগা মানা নিংজবা মহাদেব অদু কৌদুনা মাবু খুদক্সিদা শিহন্বিরো নত্রগা ইকাইবা অসিদগী কোক্হন্বীরো হায়না নিরক্লে। মতম্ অসিমক্তদা নিংথৌ মচা অসি হেক্ চঙ্লকই। মুমিৎলৈমা ইকাইমন্থদুনা মমায় খুম্জিল্লগা কপ্তুনা লৈবদুদা নিংথৌ মচানা করিগী কপ্লিবনো হংলকই। নিংথৌ মচানা হংলকপতদা মুমিৎলৈমনা হন্না য়েংলকপদদি মমা অদু লৈবা উত্রে। মমানা ফমুম্বা ফাল্ অদু মাগী ফজবা ফাল্

অমা ওইচুনা লৈরম্লে। নিংথৌ মচা অচুম্ব ফাল্ অচু নহান্মখৈ উদবনা ঙক্লচুনা "কদাইদগী স্নাগী ফাল্নো" হংলক্ই।

মহাদেবনা মাবু থৌজান্বিরে হায়র্বসি নুমিৎলৈমা খঙ্লে, অচুনা, ইমানা পীরক্পনি" হায়না খুম্খ্রে। নুমিৎ অচুদগী হৌদুনা মমা অসি স্নাগী ফাল্ অচুম্ ওন্খ্রে, অচুনা মীওইবা হায়র্বসি অচুম্ববু চৎলবদি ঈশ্বরনসু মতাং চানা তেংবাংবিরক্ই।

## ৱাহং

১। ৱারী অসিদগী করি পাউতাক্ ফংঙি?

২। নুমিৎলৈমবু কবিগীদমক্ মমানা তাম্থোরক্লিবনো?

৩। ৱারী অসি নঙ্গী ওইবা লোন্না শম্না ইযু।

## এব্রাহম লিঙ্কন

চহি চহুম্গী মমাঙ্দদি, কল্-কাবখানাগী খোঞ্জেল্না নিল্লবা, ফজবা সহর কযানা লৈতেং ওইরিবা, পৃথিবীগী চাওখৎলবা জাতিগী মধ্যংদা অমা ওইনা লীংথারবা হৌজিক্কী আমেরিকা অসি ওইরম্বা নত্তে। হায়রিবা মতম্ অসিদা, ইংলণ্ডগী নিংথৌগী শাজৎ-লম্চৎ অমসুং তম্থিবা মওং অচুনা থাঙ্বা ওম্ব্রচুনা ইংরেজ মচা কয়া কয়ানা আমেরিকাদা থুন্দাবা হৌখি।

য়ুম্ দাংবনা কৈ-নাই হায়দুনা খুন্দারবা কাঙ্বুশিং অসিনা আমে-রিকাদা হান্না লৈজরম্না মীশিং অমদি মেক্সোশিংবু কারগা নম্দুনা মাখোয়গী থবক্ শীজিন্নরম্মী। মাখোয়না শীজিন্নরিবা অদু তাবদা তুজুংবা পোক্ই, হৌজিক্কী মতম্দা শা-শন্ লোইবা অসিনবু খন্না হেন্না ফগনি। শন্বী মচা পোক্লগা মপুনা য়োন্নিংবা মফম্দা য়োন্বগুম মাখোয়না লোইরিবা মীনাই অদু মচাকা পোক্লবস্থ শা-শন্ য়োন্বগুম্ য়োম্থোক্ই। মুপী মুপা লৈমিন্নজবস্থ, মচানা অমদা অদুগা মমানা অমদা মরানা অমদা য়োম্থোক্পস্থ করিমতা চিংনরম্দে, শন্না হায়ববদা শা-শন্ য়োন্বগা অন্নানি। মীনাইশিং অদুবু মাখোয়না শীজিন্নবস্থ শন্গাড়ীরালানা শন্ ফুদুনা শীজিন্নবগুম্বনি। করিস্থ লৈত্রবা মরাল অমগীদমক্স্থ মখোঙ্ মথুং কক্পা, করিগুম্বা মতম্দস্থ হিংনা মৈ থাবনচিংবা, মীওইবা অমনা মীওইবা অমদা চৎপা হৌনত্রবা শাজং অসি ফাওবা তৌই হায়নৈ।

অসিগুম্বা তম্থিরবা শাজং অসি তাবদা, পৃথিবীগী চাওখৎলবা মফম্ কয়া-কয়াদগী মীনাই লোইবগী থবক্ অসি তোক্লবা হায়না কয়া কয়া লাউনরক্ই; অদুবু আমেরিকাদা লৈরিবা মীশিং অসিনা কন্নিস্থ তাবিদে।

অসিগুম্বা আমেরিকা অসিদা লাইনা থাবা মী অনীথক্ পোক্খি। অমনা জর্জ রাশিংটন্নি অদুগা অমনা এব্রাহম্ লিঙ্কন্নি। জর্জ রাশিংটন্বু নীংতম্বা আমেরিকাগী মপা (Father of the Republic of America) হায়না খঙ্নৈ, অদুগা এব্রাহম লিঙ্কনবুনা অপুন্নবা

আমেরিকা জাতিগী মপা (Father of one united American nation) হায়না খঙ্‌নৈ।

খৃঃ ১৮০৯ গী ফেব্রুয়ারী তারিখ কুপিথোইদা আমরিকাগী মতুংদা লৈবা কেণ্টকী হায়বা লৈবাক্ মচা অমদা এব্রাহম লিঙ্কন পোকৃখি। মাগী মপা-মমা অসি য়াম্না লাযরবা মীচম্নি। এব্রাহম্‌গী মতুম্‌দি অমদা কোক্‌থোক্লগা লৈবা য়ুম্নি। মাখোয়গী লৈসবা য়ুম্ অদু উচুপ্ অমত্তুং লৈথোয়া শাবনি, কা মচা অমত্তা ডাইবা য়ুমনি। মাখোয়না লৈরিবা য়ুম্ অদু নিথম্‌খাদদি য়াম্না ইংভি। এব্রাহমগী মমা অদু ই'মন্‌বদগী শিথিবনি হায়নৈ।

এব্রাহম অসি মমা লৈতবা অদুদা য়াম্না নুংঙাইতম্‌দে অমত্তুং তুফক্-তুফাই ইচন্-চন্না লৈ। অদুগী মথক্তা লাইরবা ইমুংদা পোক্‌পনা স্কুল্ অমতদা লাইরিক্ নীংথিনা তম্বা ওম্লম্‌দে। নহা ওইরিবা এব্রাহম্না মতম্ পুম্নমক্তা মপাগী মত্তেং পাংতুনা থবক্ শুবা য়াওরম্মী। অদুম্নদি ওইরগা এব্রাহম্না লাইরিক্ পাবদি থক্ তোক্‌পা লৈত্তে।

এব্রাহম্না লাইরিক্ পাবগী মরম্‌দা য়াম্না নুংশিরবা রারী অমা লৈ। মাহাক্না জর্জ রাশিংটন্‌গী পুন্‌সিগী রারী অসি য়াম্না পাম্লিংলম্মী অদুবু লাইরিক্ অদু লৈননবা শেল্ লৈজদনা জোশিয়া ক্রৌবা মুপা অমদগী রায়রুই। জোশিয়ানা লাইরিক্ অদু মোৎহনগনু, থুনা পাবা হেক্ লোইবগা থিন্নক্‌উ হায়না পীরক্‌ই।

নোংমা এব্রাহমনা লাইরিক্ অসি অহিং য়াম্না থেলফাউবা পারম্মী। মাদি তুম্মিংলক্লদুনা লাইরিক্ অদু নীংথিনা থনম্‌ল্লে। অহিং নোং চুরম্বদগী লাইরিক্ মথক্তা হাইজিন্দুনা ইচোং-চোংনা লৌরম্লে।

নোং ঙাল্লগা মানা লাইব্রিক্ অদু থেংনবদা মথরাই রাহুনা কপ্পকাউবা কপ্লম্মী। লাইব্রিক্ মপুনা করি হায়রক্লদগে খন্না খন্না লাইব্রিক্ অদু মৈ য়াইহনা ফৌদোক্লগা থিন্বা চৎলি। লাইব্রিক্ মপু অসিনা লাইব্রিক্ অদু উবদ' শাউরহুনা মাবু থীনা হায়রক্ই, মাহু তাবদা মাহাক্না অম' লৈহনা শিংগে হায়রৈ।

লাইব্রিক্ মপু অসিনা উশিত্তবা রাঙাংগা লোয়ননা "নঙ্না ফনা কল্লা তান্দুনসু লাইব্রিক অসিগী মমল্ ফংলোই" হায়রক্ই, অদুদা এব্রাহমনা "ঐনা নঙ্গী লাইব্রিক্ মাঙ্হন্লে অদুনা নঙগী লাইব্রিক্ অসিগী মমল্ ফংজ্রিবফাউবা নঙ্গী নযুম্দা লৈহনা লৌ-শিং শুবা যাওরগে" হায়হুনা যাওরে। কুমিং হুন্নিথক্ মাহাক্ কল্লা শুবনা মতুংদা লাইব্রিক্ মপু অসিনা মাঙোন্দা লাইব্রিক অদুসু পীগোক্রে অদুগা মাবুসু থাদোরকৃই। অসুম্ তৌহনা এব্রাহম অসি বাহহুনদা ওইরবসু লাইব্রিক্ পাবদি থক্ তোক্লে।

এব্রাহম মশাগী চহি তরাতরুক্ শুবফাউবদি লৌ-শিং শুনগী থবক্লা নম্না তৌবম্মী। মমৈদদি মাখোযগী যুম অসি ইলিনোইস কৌবা মফম্দা হোংবা তাবে। মাখোযগী অবৈবা পোৎ-চৈ পুম্নমক্ থোৎনা চিংবা গাড়ী অমদা লোযনা হাপ্কৎলে, এব্রাহমগা মপাগনা গাড়ী অদু চিংঙি। হাযবিবা অসি মাইল্ চামগী লম্বীনি, অদুগা শোবোক্ অদুসু নোংজুথা ওইবনা খুজেং য়োনা লৈখোম্ থোক্লম্মী।

এব্রাহম নোম্বসু কল্লি, ঙাইহাক্তা পোখাদে, হেক্ খিত্তুং শংবদা লাইব্রিক্সু পাই। এব্রাহম্না অনৌবা হোংলক্পা মফম্ অসিদা হেক থুংবগা যুম্ অমা থুনা শানবা হোৎনৈ, অদুদগী চিংঙৈ লৌনৌ

থোক্ নীঙ্থোক্লগা মহৈ মরোং হুঞ্জিল্লি। অঙ্গম্ তৌহুনা য়ুম্গী থবক লোইশিল্লগা কোয়না চৎতুনা থবক্ থিরম্মী।

এব্রাহম অসি য়াম্না পুক্চেল্ শেংভি। মাহাকী পুন্সি অসি থবক্ মথল্ মথল্ তৌরে। করিগুম্বদা হুকান্ ফম্বা য়াওই। করিগুম্বদা মীগী হিসাব শুরুই অমসুং থবরগীদমক্সু রাজনীতিগী মরম্দা হেক্ হেক্ ইরম্মী। এব্রাহমগী লাইব্রিক্ পাবা অসিমদি থক্ তোক্পা নত্তে, মতম্ পুম্নমক্তা মানা য়াম্না পাম্জন পাবদি ৱাশিংটনগী পুন্সিগী লাইব্রিক্তনি।

এব্রাহমনা হুকান্ ফম্বা য়াওরিভৈদা নোংমা নুপী অমনা পোৎ লৈখিবদা পেনী অহুম্থক্ হেন্জিন্না পীরম্লে হায়বসি মানা অহিং হিসাব লোইশিন্বদা থংলক্লে। খুদক্ অহুমক্তদা মাইল্ তরেৎ লাপ্না চৎতুনা নুপী অহুদা অহেন্বা শেল্ অহু থিন্বিরুই।

নোংমা এব্রাহমনা নিউ ওরলিন্সতা থবক্ অমগীদমক্ চৎলি। মফম্ অসিদা মীনাই য়োন্বগী কৈথেল্ অমা লৈ। কৈথেল্ অসিদা নেগ্রোশিংবু য়োল্লিবহু উবদা মাহাক্ য়াম্না নুংঙাইরম্দে। নেগ্রোশিং অহু পুল্লপ্ শা-শন্গুম্না পুন্দুনা থম্মি অহুগা য়োল্লিবা মীশিং অহুনা নেগ্রোশিং অহুবু ইহুং-নাইহং শাবমখৈ ফুবিরম্মী। অসিগুম্বা মীনা মীদা তৌবা তম্থিরবা শাজৎ উবসি মাগী পুন্সিদা মসিনা অহান্বনি। মাগী থম্মোই অহু অহুক্কী মতিক্ শোক্থিবনা, মুমিৎ অসিদগী হৌনা আমেরিকাদা মীনাই য়োন্বগী থবক্ অসি তোকুবা হোৎনগে হায়বসিগী মরু হুন্বা হৌথি।

এব্রাহমনা অহিং মুংথিল্ থাক্তনা লাইরিক্ পারগা খৃঃ ১৮৩৭ তা লো পরিক্ষা পাস তৌই। মাহাক্ উকিল্ অমা ওইনা লাইরবা অনংবা, মীনা তুহৎপিরবা কাঙ্বুগী মাইকৈদা হেক্ হেক্ শেল্ লৌদনা লেপ্পিরম্মী।

খৃঃ ১৮৪০ দা মেরীটাড কৌবী অমা লুহোংলম্মী। লুহোংলবা মতুংদা ইলিনোসকী আইন্ সভাগী মীরেপ্ ওইনা লেপ্লম্মী। অহান্-বদদি কাবা ওম্দে। হন্না হন্না হোৎনরবা মতুংদা মাগী পুক্চেল্ শেংবা, অচুম্বা চৎপা, প্রজাগী ফননবতা খন্বদা অহন্বা অমম্নুং অকিবা লৈতবত্তু উবদা মাবু প্রেসিডেন্ট খল্লে। এব্রাহম অসি মীনা ওস্থোক্লা য়াখ্রে অমম্নুং মুংশিনখ্রে।

এব্রাহমনা প্রেসিডেন্ট ওইরক্লবা মতম্দা মাহাক্লা মীনাই থম্বা পাম্বা অমম্নুং পাম্দবা কাঙ্বু অনিমক্ অহু মুংশিননা থবক্ তৌমিন্নবা হোৎনরম্মী; অহুবু মীনাই থম্বা পাম্বা কাঙ্বুনা মাবু য়েক্লবা ওইনা লৌনবদা ভারে, থোইনত্তুম্ শাউগৎনরে।

মীনাই থম্বা পাম্দবা অরাংথংবা মাইকৈগী মীনা এব্রাহমগী মতুং ইন্থিবা অহুদা, মীনাই থম্বা পাম্বা খা মাইকৈগী কাঙ্বুশিং অহু তোঙান্-তানবা হোৎনরক্লে। চুম্না হোৎনবদা নত্তনা, খা-গী কাঙ্বুশিং অসিনা জেফরসন ডেবিস কৌবা মুপা অমবু প্রেসিডেন্ট খল্লগা অরাংগী কাঙ্বুগা লান্ থেংননবা থৌরাং তৌরে।

খৃঃ ১৮৬১ দা খা অমম্নুং অরাংগী মাইকৈ অনী অসি খুৎ থোক্লহনা লান্ থেংনরে। লান্ অসি হৌজ-হৌজ থেংনবনা চহি তরেৎ

চুপ্পা থেংনৱবা মতুংদা অৱাংনা ঙম্‌লুনা আমেরিকা অসি অমত্তা ওইরে। আমেরিকাগী মীনাই থম্বগী থবক্‌ অসি তোকখ্রে।

লান্‌ লোইরবা মতুংনি অতুবু থাগী কাঙ্‌বুনা এব্রাহমবু অচেঙ্‌বা ঙাইহুনা শীংবা অতুদি থক্‌ তোকখ্রি।

খৃঃ ১৮৬৫ গী এপ্রিল্‌ থাগী তারিখ মরিদা লান্‌ ওম্বগী হুরাউবা ফোংদোকপা ওইনা ৱাশিংটন সহরদা ড্রামা অমা শান্নরম্মী। ড্রামা অতুগী অরোইবা মতাংগী ময়াই চল্লকপা মতম্‌দা এক্টর অমখক্না এব্রাহমগী মতুংদা লোম্না চংলক্লুনা, পিস্তোল্‌না এব্রাহমগী মকোক্তা কাপ্‌থেক্লম্মই। মীহাৎপা অসিনা "থা-না লমন্‌ খুম্লে" হায়না লাউহুনা চেল্লকপদা ময়াম্‌ অতুনা মাবুম্ন কাপ্‌থেক্‌খ্রে।

## ৱাহং

১। এব্রাহম লিঙ্কন কনানো? মাগী মরম্‌দা করি খঙ্‌ল্লি?

২। এব্রাহমনা লাইরিক্‌ ৱাইরুবদা করি থোক্‌খি?

## তৌবিমল্‌ খঙ্‌ঙু

চহি কয়ামরুম্‌গী মমাঙ্‌দা ময়ায়থংবা ভারত্তা লৈবা মালন্না লৈবাক্কী উজ্জয়িনী কৌবা সহরদা বিক্রমাদিত্য কৌবা নিংথৌ অমা পাল্লম্মী। বিক্রমাদিত্য অসি য়াম্না কন্‌-থৌবা অমসুং মতিক্‌ লৈবা নিংথৌনি। মাহাক্‌ অসি ভারত অপুম্বগী মবুংঙোনি হায়বা য়াই। হায়রিবা নিংথৌ অসি অনিশুবা চন্দ্রগুপ্ত হায়নসু খঙ্‌লৈ।

অফাউ-অফাউবা কবি অমসুং পণ্ডিতশিংনা মাগী সভা অদুগী লৈতেং ওইরম্মী। কবি অমসুং পণ্ডিতশিং অসি ভরতকী মফম্ অতৈ-অতৈদগী লাক্পা ঙাক্তনি। হায়রিবা সভা অসিগী মনুংদা মাখোয় মাপল্থক্তি পৃথিবী শিন্বা থুংনা ফাউরবা ঙাক্তনি। হায়রিবা মাপল্ অসিবু নবরত্ন হায়না খঙ্লৈ। রত্ন মাপল্ অসিগী মনুংদা ভারতকী অখোইবা কবি কালিদাসসু য়াওরম্মী।

বিক্রমাদিত্য নিংথৌ অসি চুম্না কন্বা অমসুং মথৌনা লৈবদা নত্তনা লৈবাক্কী ৱায়েন্-থৌদা অমদি ধর্ম্ম অমসুং আইন্বু মশক্ খঙ্না চৎলম্মী। মাহাক্না তৌবা বিচারদা কনাগুম্বা অমতা পেন্নখিদবা য়াওনরমদে। মাহাক্না লৈবাক্কী ৱায়েন্-বিচার তৌবা মতম্দা নুংদনা হুত্তুনা শারবা সিংহাসন্ অমদা ফম্লম্মী। সিংহাসন্ অসিগী ফম্বাক্ মখাগী অকোইবা কম্ অদুদা লাইথিগুম্বা লাই মচা মচা কুন্থ্রা নিথোক্তথক্ হুত্তুনা য়াওরি। লাই অসিদগী লৌতুনা সিংহাসন আসবু বাত্রিশ সিংহাসন হায়না খঙ্লৈ।

মতম্গী খোঙ্লৈ হায়বসি অসুম্ মওইরে হায়বা তাইবং কনানসু হায়ঙমদে। ফুরা-দলান্ কয়ানা লৈতেং ওইরবা অচৌ-অচৌবা সহর কয়া নিংথৌগী ফজবা কোন্নুং কায়সু মতম্গী ঈপাক্তা লুপ্শিন্খি, পাক্লবা লম্ম্যাং কয়া সহর ওইরকই।

বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা লৈখিত্রবা মতুংদগীদি ফজরম্বা বিক্রমাদিত্যগী কোন্নুং অসিসু মফম্ খঙ্খিদ্রে। কোন্নুংগী অতেক্-অকাই মথক্তা উ-ৱা হৌজিন্খ্রে, কনানসু মফম্ অদু ফজরবা কোন্নুং ওইরম্মী হায়বা খঙ্খিদ্রে। খুঙংগী অঙাংশিংগী শান্নবুং অমসুং শক্লেন্বুং ওইনখ্রে।

অকোইবা অহুন্নাইদা লৈরিবা খুনশিং অহুগী অঙাংশিংনা শন্ অহুম্ শেল্লম্বদগী থংনবা য়াওনরক্লে। অঙাং ময়াম্ অহুদগী থরা মচিন্ থিবা অঙাং অমনা; "ঙাইথো। ঐ লৈতোং অসিদা ফম্নগা বিচারপতি শাগে, অহুগা নখোয় ময়াম্ ঐভোন্দা ন্নাকংলু, ঐ বিচার তৌবিগে হায়রহুনা লৈতোং মথক্তা ফম্খ্রে। অঙাংশিং অহুনা হায়নিং-হায়নিংবা ঙাংলহুনা বিচারপতি শারিবা অঙাংহুদা ন্নাকংলে। লৈতোং ফম্লিবসিনা য়াম্না হৈ-শিংনা, লাইরিক্-লাইশু হৈরবা অহল্ অমগুম্না ফজনা বিচার তৌবগা অচুম্-অরান্ অহু চপ্-চানা পুথোক্লম্মী। অঙাংশিং অহুসু মানা হায়বহু চপ্-মান্নবা য়ারম্মী।

মমৈদদি অঙাংশিং অসি থংনবী শান্নবগা অঙাং অমনা বিচারপতি হেক্ হেক্ শারহুনা ইতত্তনা শান্নে। শান্নবা খুদিং অঙাং হোং-হোংহুনা লৈতোংহুদা ফম্নগা বিচার তৌই, অহুসু অহুমঙাই; পঙ্খ্রবা অঙাং ফাওবা লৈতোং অহুদবু ফম্নবদি অঙাং খুদিংমক্ অহু হেক্তা অশিংবা মী ওইরে। লৈতোংদগী হেক্ কুম্থরগদি হান্নগী অঙাং অহুম্ ওই। অঙাংশিং অসিনা শান্নবা অহু খুন্গী অহল্শিংনা উরক্লে। অঙাংশিং অহুনা শান্নবদা হৈ-শিংনা ঙাংবা অহু তারগা অঙক্পা পোক্নরম্মী। মমৈদদি খুন্ অহুগী থংন-চৈনবফাওবা অঙাংসিং অহুবু ন্নায়েল্ তৌহল্লে।

মতম্ অহুদা ভোজ কৌবা নিংথৌ অমা লৈরম্মী। অঙাংশিংগী পাউ অসি তাবদা, নিংথৌ অসিনা কবিগীনো হায়না মাগী অঙম্বশিংদা হুংঙি। অহল্ ওইরবা অঙম্বা অমনা "মহারাজ! অঙাংশিংনা ফম্লিবা লৈতোং অসিগী মখাদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী সিংহাসন অহু শোয়দনা

লৈরম্লগনি, মক্ম অসি বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী কোন্নুং মক্মনি" হায়রকই।

বিক্রমাদিত্যগী সিংহাসনগী মগুণ অহু খঙ্বনা ভোজ নিংথৌ অসি সিংহাসন্দু পাম্লহুনা ফুক্লুনবা মী থাখ্রে। সিংহাসন অসি লৈরম্হুনা কোন্নুংদা পুখৎলক্রে। নোংঙাম্লগা ভোজ নিংথৌ অসি সিংহাসন অসিদা লেংখৎতুনা শঙ্গাগনি হায়রে। নিংথৌগী অসিগুম্ব। মুংঙাইবা মুমিৎ অসিদা কুম্মৈ-ফিয়োং তৌরে, মী পুম্নমকপু তিল্লরে। ভোজ নিংথৌনা ফজবা ফি-রোল্ শেৎ-চারগা সিংহাসন অহুদা হেক্ লেংখৎকে হায়না খোঙ্ যেৎ থাঙ্গৎপদা "হে! নিংথৌ ঙাইখো" হায়রকই।

ভোজ নিংথৌমু লকক্ তৌরহুনা য়েংলকই। মতম্ অসিদা সিংহাসনগী কম্ অহুদা হৎতুনা লৈরিবা লাইথি ময়াম অহুনা অমুকমু "নিংথৌ! নহাক্ বিক্রমাদিত্যগুম্বা নিংথৌ অমা ওইরবরা'' হংলকই।

"বিক্রমাদিত্যগী করম্-করম্বা মগুন্নো" হায়না ভোজ নিংথৌনা হংলকপদা লাইথি অমনা "ঐ অমা হায়গে, অসিগী গুণ অসি চেল্লবদি নহাক্ সিংহাসন অসিদা ফম্বা য়ানি" হায়রকই।

"নহাক্ কনানো'' হায়না ভোজন হংলকপদা লাইথি অসিনা "ঐ ইন্দ্র-সেন হায়বহুনি, বিক্রমাদিত্যগী ৱারী অসি তাও'' হায়না ৱারী হৌরকই।

বিক্রমাদিত্যনা পাল্লিভৈগী মতম্দা লাইরিক্-লাইশু হৈবা অহল্ অমা লৈরম্মী। অহল্ অসিনা শিরম্দাইদা মচানুপা দেবদত্তবু কৌশিল্লগা, "ইবুংঙো! ৱারক্লবা মতম্দা মীঙোন্দা থক্ শাউগন্নু, জীব পুম্নমকপু মুংশিয়ু, ফত্তবা মরুপ্ থক্ তিল্লগন্নু, অফবা মীনা হায়বহু মুম্না লৌশিল্লু, লৈজবদগী হেন্না চাদিং তৌন্নু" হায়রম্লগা শিখ্রে।

নোংমদি বিক্রমাদিত্যনা শা-তানবা চৎপদা লম্বী মাঙ্ খ্রহনা অমুম্ জঙ্গল্ অমদা লাকই। জঙ্গল্ অসিদা দেবদত্ত থেংনবদগী দেবদত্তনা নিংথোবু কোন্নুং তান্না থিন্‌বিরম্মী। নিংথৌ অসিনা পেল্লহনা দেবদত্তবু মাগী অঙম্বা অমা ওইহল্লে। বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা মতম্-লৈবা খিবিক্তা "মীগী মতেং পাংগদবনি, মীগী তৌবিমল্ কাউরোইদবনি" হায়না তত্তনা হায়।

দেবদত্তনা নিংথৌ অসি মানা ভাংখিবা অমুম্না চুম্না চৎপা ওম্না হায়না য়েংগে খল্লহনা নোংমদি মানা মী অমা নেক্তুনা নিংথৌগী মচানুপা অসি হুরান্‌হল্লে। নিংথৌ মচা অসি দেবদত্তগী মযুমদা থম্লে অহুগা নিংথৌ মচা অসিগী মফ-মরোল্ কোন্-লিক্ অহু লোইনা লৌথোক্লগা মাগী মনাই অমবু কৈথেন্দা য়োল্লুচো হায়না থাদোক্‌খ্রে।

অসোম্‌দদি নিংথৌ অসি নিংথৌ মচা মাঙ্ খিবা অসিদা য়াম্না রানা লৈনরে। মাইকৈ মরিদা মী থাহনা কোইথি-থিরে। মমৈথংদা, দেবদত্তগী মনাই অসিনা কৈথেন্দা নিংথৌ মচাগী পোৎ-চৈ য়োল্লম্বহু নিংথৌমনাইশিংনা থেংনবদগী ফাহনা কোন্নুংদা পুরক্লে।

নিংথৌনা পোৎ য়োল্লম্বা মুপা অসিদা "নহাক্ কনানো, অহুগা লিক্-কোন্‌শিং অসি কদাইদগীনো" হায়না হংলক্‌ই।

"ননাই ঐ দেবদত্তগী মনাইনি, পোৎশিং অসি ঐঙোন্দা থরা য়োম্বোক্‌লুচো হায়না পীরক্‌পনি, অহুনা কৈথেন্দা য়োঞ্জরিবনি" হায়না থুম্লক্‌ই।

মুপা অসিগী মর্‌রা তারগা নিংথৌনা দেবদত্তবু কৌরগা হংবদা দেবদত্তনা হায়রক্‌ই।

"মহারাজ! ননাই ঐনা অসিগুম্বা লিক্-কোন্ অসি পাম্বনা মজাইবুংঙো অদু হাংখ্রে, থুপা অসিবু য়োন্নবা ননাই ঐনা পীখিবা অশেংবনি। অপাম্বদগী ঐ অক-ফত্ত খন্জবা ঙম্হৌদ্রে। হৌজিক্তি ননাই ঐগী ইত্তিক্চাবা চৈরাক্ পীনবিয়ু।"

দেবদত্তগী ৱা অসি তারগা নিংথৌদি তুমিন্ লৈ অদুগা ময়াম্ অদুনদি "সনা হুন্নান্বা, অঙাং হাংপাসি হাংতোক্লগা লাংজা-কাক্তা পীজবনা ফরগনি" হায়নরক্ই।

ময়াম্গী ৱা অসি তারুরগা নিংথৌনা "দেবদত্তনা ঐবু মতম্ অমদা কান্ননবা তৌখি অদুনা ঐনা মাবু হাংপা ঙম্লোই, ঐবু কন্বিখিবা মীবু ঐনা কন্বসু হৌনবনি" হায়রগা সনা থুপা পুথোক্লুনা "দেবদত্ত! মহাক্কী শেন্-থুম্ অৱাংপা লৈবদগী পুন্নমক্ তৌরিবনি, অৱাংপা অদু মেন্নবা অসি পুথো" হায়না পীরগা থাদোক্খি।

দেবদত্তনা ময়ুম্দা থুনা লাক্লগা নিংথৌ মচা পুরদুনা কোন্নুং অমা লাক্লে অদুগা নিংথৌদা কৎলরে। দেবদত্তনা তৌরক্পদু উবদা ময়াম্ পুন্নমক্ ঙক্লখি। মতম্ অদুদা অমুক্সু নিংথৌনা "দেবদত্ত! তৌবিমল্ খঙ্দ্রবা মী অদু মী নত্রবনি" হায়না তাক্খি।

ৱারী অসি ইন্দ্রসেন হায়বা লাইখি অসিনা লীবা লোইরগা ভোজ নিংথৌদা হায়রক্ই।

"হে নিংথৌ! মচা হাংলে হায়রকাউবদা তৌবিমল্ কাউদবা ওইনা দেবদত্তবু কন্বীবা ঙম্বা অসিগুম্বা বিক্রমাদিত্যগী পুক্চেল্ লৈরবদি সিংহাসন ফম্বা য়াগনি" হায়রক্ই। নিংথৌ অসি ৱা

ঙাংখিত্রে। অঙ্গুম্ তৌহুনা সিংহাসন অহুদা হুক্লিবা লাইথি ময়াম্ অহুনা বিক্রমাদিত্যগী মরম্দা ৱারী অমথক্ লীরম্না হংলক্পা অহু নিংথৌ অসি অমত্তা তৌরম্ত্রে অহুনা ইরোই-লোইইবদা সিংহাসন্দু অহুম্ পাইখ্রে, অমুক হন্না উখিত্রে।

## ৱাহং

১। বিক্রমাদিত্য কনানো মাগী মরম্দা অথঙ্বমথৈ নশাগী ওইবা লোন্দা শন্নগ্না ইযু।

২। ৱারী অসি পাবগা করি পাউতাক্ ফংবগে?

## বুদ্ধদেব

চহি চাম্ভা যাঙ্খেরোম্গী মমাঙ্দা অরাং ভারত্তা লৈবা, কপিলা-বাস্তু কৌবা লৈবাক্ মচা অমদা শুদ্ধোদন কৌবা, শাক্য শাগৈগী নিংথৌ অমা লৈরম্মী। কপিলাবস্তু হায়বা লৈবাক্ অসি কাশীদগী ক্রোশ য়াঙ্খৈমুক্ থাপ্না নেপালগী মনাক্ অহুৱাইদা লৈবনি। শুদ্ধোদন নিংথৌ অসি মচানুপা অমা পোক্লম্মী, মমিং সিদ্ধার্থ হায়না কৌই।

সিদ্ধার্থ অসি কোপ্নুংগী মনাক্তা লৈবা লুম্বীনি হায়বা লৈকোন্দা পোকৃখি। সিদ্ধার্থগী মমা অপোকৃপী মায়াদেবী অসি, মাহাক্ হেক্ পোক্পগা লৈখিত্রে। সিদ্ধার্থ অসি প্রজাপতী গৌতমী কৌবী মমা অতোপ্নীনা য়োক্পদগী মাহাক্পু গৌতম হায়নসু কৌনৈ।

মতম্ অহুৱাই অহু লৈবাক্ অমগা অতোপ্পা লৈবাক্ অমগা ঙাইহাক্ লৈতনা লান্ থেঙ্নবনা ঙাইহাক্তা লৈতানা পান্বা ঙম্মরম্দে। সিদ্ধার্থনু নিংথৌ মচা ওইনা পোক্পনিনা, নিংথৌ মচা ওইবগী হৌনবা থাঙ্-তানচিংবা খুজু-খুৎলাই হৈননবা মপানা তম্বাল্লম্মী।

সিদ্ধার্থ অসি অঙাং ওইরিবৈঙদগী হৌনা ৱাথল্ য়াম্না থন্গন্বা মীত্তা ওইনা তৌরহুনা, অকন্-অথৌগী মহৈ তম্বদা থোইদোক্লা পুক্নিং চঙ্লম্দে।

সিদ্ধার্থ অসি মীনুংশি চাউই, অৱা-অনা উবা য়াদে। করিগুম্বা অৱা-অনা অমতং হেক্ উরুবদা মাহাক্ মাহুদা থন্দুনা লৈবা ঙম্মী। অসিগুম্বা মাগী মতৌ অসিদা মপা নিংথৌনা মাবু মপান্ থৱা থোক্হল্লগা ফগত্রা থন্বদগী, অহল্ ওইরবা দোলায় থৌবা অমদা শিন্নরগা সিদ্ধার্থবু অম্তম্ কোইথোক্হল্লম্মী।

নোংমা সিদ্ধার্থনা দোলায় তোংহুনা অম্তম্ চৎলক্পদা লৌ-থোইনা হুপা অমনা মমাঙ্দা চৎলিবা শন্ অহুবু ফুহুনা শিজিন্নবহু উবদা মাগী মথৱাই ওন্থোক্লা ৱারম্মী। শন্ অহু কয়ামুক্ নারিগদগে হায়রবসিদা থন্দুনা লৈথি।

নোংমদি মাহাক্লা লৈকোন্দা ফম্লিবৈঙদা, খুনুথরং অমথক্লা উচেক্ মচা অমা তুহৎপিরহুনা মাগী মমাঙ্দা পোপ্ হেক্ তারক্ই। উচেক্ অহুনা নীংশা থবেৎ-থবেৎ হোন্নহুনা চৈনাখোল্ থাংহুনা লৈবহু উরগা সিদ্ধার্থনা নিংথিনা লৌথৎপিরগা নান্বিরম্মী।

নোংমম্থু মাহাক্লা দোলায় তোংহুনা চৎলিবৈঙদা, অহন্ ওইবনা মঙৈ থক্-থক্ নীক্লবা, চৎপদা ময়াঙ্ কোল্লবা, মকোক্নু পোক্লা

পুম্ঙো-ঙোরবা অহল্ অমা থেংনরম্মী। মাগী মতোত্তু উরগা য়াম্না ৱারম্‌গনি থন্‌বদগী মাগী শাথোবা লুপা অতুদা, অসুম্ তৌনা চৎলিবসি করিগীনো হায়না হংলকুই।

"মী পুম্নমক্ অসি চৎলিবা লুপা অসিগুম্না অহল্ ওইরকদবা ঙাক্কনি" হায়না শাথোবনা খুম্নকপত্তু তাবদা, সিদ্ধার্থ অসি ৱাথল্ খন্‌বা হৌরক্রে। অসুম্ তৌনা ৱাথল্ থম্না থম্না চৎলকপদা কনাগুম্বা অশিবা অমা অমুক্ উরক্রে। শিরিবা মী অতুগী মরী-মতা, মচা-মশুংশিংনা কপ্ লাউবত্তু উরগা সিদ্ধার্থগী থম্মোইত্তু পুবা ঙম্‌দবমথৈ ৱারম্মী।

সিদ্ধার্থনা মতম্ লৈবা খিবিক্তা, মতোম্‌দা তুমিন্-তুমিন্ লৈবা, অমদি ৱাথল্‌দা থন্দুনা লৈবগুম্ উবা অসিদা মপা নিংথৌগী মপুক্রিংস্তু হুংঙাইরম্‌দে। মচানা লম্বোই-তুবোইবগুম্ লৈবসিদা ফননবা হায়ত্তুনা অকে-অমৌদনা থল্লবা কুম্মৈ কয়া কয়া য়েংহল্লি; অতুনস্তু সিদ্ধার্থগী থম্মোই অসি ওল্‌হন্‌বা ঙম্‌দ্রে। সিদ্ধার্থদি মতম্‌লৈবা খিবিক্তা মীওইবনা অসুক্ অৱা-অনা থোকলিবসি করিননো হায়না থন্দুনতা লৈরম্মী।

নোংমদি সিদ্ধার্থগী মমঙ্‌দা মাবু অহল্ অমনা কৌরগা "সিদ্ধার্থ! নঙ্‌স্তু অহল্ ওইরকখিনি, অতুগা নঙ্‌স্তু শিরখিগনি" হায়না হন্না-হন্না লাউরম্মী। সিদ্ধার্থনা মঙ্‌গী ৱা অসি তাক্লবা হুমিত্তগী হৌত্তুনা মীওইবনা করম্ তৌরগা অৱা-অনা অসি কোকপা ঙম্‌গদগে হায়না থন্দুনতা লৈখ্রে।

সিদ্ধার্থগী মতৌ উরগা মপা অসি চিংনবা অসুম্ হেন্নক্লহৃনা লুহোংবিরগা অকে-অমৌদা তাউহৃনা থর়া করক্কত্রা খন্‌বদগী যশোধারা কৌবী, মশক্-মতৌ ফজরবী সুপী অমা লুহোংবিরে। মতম্ থরদংদি সিদ্ধার্থ অসি অকে-অমৌগী ইরাংদা লৈরম্মী; অসুম্ তৌহৃনা মতম্‌গী মতুং ইন্না মচাসুপা অমা পোক্লে।

সিদ্ধার্থনা মচা হেক্ পোক্‌পদা মাগী হান্নগী রাথল্ অহু অমুক্ খন্‌বা হৌরক্লে। মচাগী সুংশিবা অসিনা পুন্দুনা মাহাক্না নিংলিবা অসি পাংথোক্‌পা ঙম্নরোই খন্দুনা ময়ুম্ অসি থাদোক্কুনা চৎলগা মীওইবগী য়াইফনবা থিরগে খল্লক্লে।

নোংমগী অহিংদা, মচা কোন্দুনা হিপ্লবী যশোধারাবু অমুক্ক য়েংলম্লগা কোন্নুংদগী অতুম্ মপান্ থোক্‌খ্রে। হায়রিবা মতম্ অসিদা সিদ্ধার্থ অসি চহি কুন্‌মাপন্দা মঙাইরি।

সিদ্ধার্থনা কোইচৎ-চৎহৃনা ব্রাহ্মণ পণ্ডিতশিংগী মনাক্তা ধর্ম্ম-শাস্ত্র কয়া তম্বদম্ম মাগী নিংলিবা অহু থুংবা ঙম্নক্ত্রহৃনা মতোম্‌দা লাই নৌংলুরগে খন্দুনা উরুবিল্ব কৌবা মফম্‌দা লাই নিংহৃনা লৈরে। মাহাক্না চাদ-থক্তবমথৈ লাই নিংলক্‌পা অসিদা মাহাক্ ময়াং কংশিল্লক্লে। মমৈদা চাদ-থক্তনা, হক্‌চাংবু অরাবা পীবদনা যাররোই হায়বা খঙ্‌লহৃনা চাং নাইনা করম্ তৌবগা মীওইবনা অরান্‌বা খুভম্ ফংগদগে হায়না চারগা নিংবা হৌরক্লে।

চহি তরুক্ চুপ্না নিংলবা মতুংদা মীওইবনা অবান্‌বা খুভম্ ফংনবগী মঙান অমা ফাওরে। অসুম্ তৌনা মঙান্ অসি ফংলবদা মাহাক্‌পু গৌতম অমদি সিদ্ধার্থ হায়বা অহু তোক্কুত্তা বুদ্ধ ( লৌশিং

মঙ্গাল্ ফংবা নক্সগা অথঙ্বা ) হায়না থঙ্নরক্লে। শাক্য শাগৈগী মুনিনি হায়ত্নুনা মাবু শাক্য মুনি হায়নহু কৌনরম্মী।

বুদ্ধনা মীওইবগী য়াইকবদি অসিনা ওইগনি হায়না শন্দোক্পা হৌরক্লে। মাহাক্না "অচুম্বা চংকদবনি অমস্তুং ঙাংগদবনি, মমা-মপানা হায়বা ইন্‌গদবনি, পুন্‌সি অসি চম্না লেন্‌বা তম্‌গদবনি, মী অমস্তুং জীব পুম্নমক্‌পু চপ্‌ মান্না শুন তৌগদবনি, ময়াই কাবা পোং শীজিন্নরোইদবান, জীব হাৎলোইদবনি অমস্তুং পীনহৈগদবনি" হায়রম্মী। পুম্নমক্‌ অসিগী মথক্তা "অহিংসা" হায়বা অসিনা বুদ্ধগী অথোইবা পাউতাক্নি।

বুদ্ধগী ধর্ম্মদা য়াম্না চাম্ম। মাহাক্তি হিন্দুগী দর্শন্‌না, মীওইবগী থৱাই অসি শিদে হায়বসি য়াদে। হোম, যব তৌরগা মীওইবনা লাইনা হায়বস্থু য়াদে। বেদগী ৱানা হেক্‌তা শোয়ত্রবনি হায়বসি য়াদে।

বুদ্ধগী ধর্ম্ম অসি য়াম্নদি কৈ অহু ওইহুনসু ভারতদি থোইনা চংখিত্রে। চীন, জাপান, সিংহলনাচংবা মফম্‌দা বৌদ্ধ ধর্ম্ম অসি হৌজিক্‌ ফাউবা লৈভাত্নুনা লৈরি।

ৱাহং

১। বুদ্ধদেবগী ৱারী অসি শ্রেণীগী নশাগী লোন্দা ইয়ো [illegible]

২। বুদ্ধদেবগী মরুওইবা পাউতাক্‌ কয়া [illegible]